কচ্চবা

লাই ওইখ্রবা ঐগী বাবা
শ্রীকৈশাম ৺সুরমঙ্গল সিংহগী
খুবাং থম্বালদা কচ্চরি
নমোমগী "মোইরাং কংলৈরোল"

"তোম্বী নমোম"
সোবিতা

# থাগচ্চবা

মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মগী এসিষ্ট্যাণ্ট ক্যুরেটর কুমারী সোবিতা দেবীনা সম্পাদন তৌবা "মোইরাং কংলৈরোল" পাজরে। মোইরাংগী লম্মিৎলোনগী মরমদা ঠবা মশক নাইবা অচুম্বা লাইরিক্নি। অরিবা মৈতৈ পুয়া অসি হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা লোনগা কোয়না কোঙদোকপা অসি ময়াম পুম্নমকী থোই-দোক্লম্ব মোইরাংগী মরমদা খিজিন-হুমজিন্নিবা মীওইশিংদা য়াম্না কাম্নগনি হায়না নিংজৈ। অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসি মথং মথং কোঙদোরকুনা লৈবাকী মেবা ওইরকবিগনি হায়না ইবেম্মা সোবিতা দেবীদা থাগা তৌই। মৈতৈ সাহিত্যগী পুকৈদা শিংথানবা য়াবা লাইরিক অমা ওইনা মতীং চনশিল্লে, মসিমক ঐখোয়গী চুংশাইজবনি।

রাজকুমার শ্রীমাহল সিংহ, বি, কম,

প্রেসিডেণ্ট

মণিপুর সাহিত্য পরিষদ

ইম্ফাল।

২২। ৯। ৮২ ইং

# ৱাহৈ খরদং

মোইরাং কংলৈরোল, খোইদোক্পা মৈতৈ লৈবাকী মায়া অহল খাক্তনা মিং তানরবা আরবা মৈতৈ পুয়াশিংগী মচুংদা মমিং লৈবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসিদা মোইরাংগী লমদা লৈখিবা খায়নট্টেদা খোম্নবগা নিংলেন, লমগী লম্মিংশোনগী অমদি ৱারোলশিংবা নিংথিনা পপি[illegible] লাইরিক অসিগী মপাদা অহানবা মোরী অশৈবা কোৱা মোইরাংগী অশৈবগা খুবোংজাম্বা কোৱা অশৈবগা অনিগী খুণ্থাদগী চিক্তযচা রূপো কোৱা ওজা অমনা অমুক শিন্দোক্নবগী ৱারোল ইরি। তোইঙুবন্নুং লাইরিক অসিনা লৈবাক মীয়ামগী মরল ওইনবা খুত লাংথোকচনিংবগী ঊথিল অমনা মতম খরা চঙনা খিজিনবদা অসিগুম্বা মোইরাং কংলৈরোলনী লাইরিক খরা ফংজখি। মতুদা মতমগী ওজাশিংনা শিন্দোক শিজিল তৌবদা খরা য়াৎপা হেনবা ৱাহৈ ৱাতা থেংনৈ। পুম্নমক অহু চাশিন্নজরগা কোংদোকচবা পামজবদগী ইপা শরুবা শ্রী ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহগী মতেং লৌজহুনা ওঝাদা লৈবা কংলৈরোলশকা চাশিন্নহুনা খরাং-খপ কয়া যেনাশিনবিরকখি। লোয়ননা অনৌবা মৈতৈরোলগী ইডিটিং অদি পুখোকচবদা ইপা শকপা ওজানা মপান মাইদনা তেংবাংবীখি। মসিগীদমক শিংবা থবলরোইদবা লমন তোমশিনজরে। অহুপা লাইরিক অসিবু মকোক্তগী লোইবা কাওবা পাবিহুনা রাজকুমার শ্রীস্নাহল

সিংহ বি, কম, প্রেসিডেণ্ট মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা থাগৎ-
বাহৈ ইবিরকখি। মসিগীদমক তৌবিমল থঙ্গা উৎচরি। অরোইবদা
লাইরিক অসিবু ফোঙনবা হোৎনবদা মতেং পাংবিখিবা
বিদ্যাপতি প্রিন্টিং ৱার্কসকী ষ্টাফ অমসুং লাইরিক অসিবু
প্রুফ লৌবিখিবা শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর পণ্ডিতকী মফমদা
তৌবিমল থঙবা উৎচবি অমসুং থাগৎচরি।

সোবিতা

এ, সি; ম্যাজিমব

# মোইরাং কংলৈরোল

—:{ (•) }:—

হয়া হে লহাননোং খুমুং লাংবচকতৈগী ॥ কেগে চাউবা পুং মোইরাং সাংবায়াইগী রায়রা সানিভহকপা হুয়েল লানমিং য়ামব-পুত ॥ লৈরক খোংলেন মরিল য়ামবা খোংবাল লয়ফাও তোয়বা লৈরক মৈরে মনদদি পাননাইদ্রেদা খোংবাল লূপাং তেংনৈদ্রেদা পানপা পুড কেগে ফমথোনয়াম মোইরাং পুচমিং হকপা চীংয়া থেনলেন খোমিং য়ানবা কেগে লয় তরেং হোডনাডমদা মোইরাং খোং তরেং তেংনাডুরদানা পানবাপুড খুয়োন থডনদা য়াইথড তানাতনা পানবা পডন ॥ মালেম লাংচথৈ অরিবা মডামানা মথোল উংকার

---

তেংবানবা পুম্নমক্কী মমা ওইবী ইমা নওব্র খুরুমজে। থায়না মমাডগে চক মরিগী অকোনবা ওইরবা খুনুং লাংবচক বৌবা মতম অত্তুদা কেগে লৈবাক ভনির্গী চাউরম শাংলঙ্গা মফম অত্তুদা লৈবদি শাগী মশিং য়াম্বনা মমিং য়াম্ব্রবা অত্তুগা মতম অত্তুদা লৈরম্বশিংগী মতিক মথোনাদগী লানগী লানমিং য়াম্না থোক্লা লৈরম্বা লমদম্নি ॥ লৈরক অমদি খোংগী মরিল য়াম্বা অমগা অমগা ইশম শম্নবা খোং অত্তুগা লৈরক মৈয়োম্বা ওইনা লৈরম্রা লমদা পাল্লিরগে খোংবাল লুক্লাং তেংনা ফমগী ফমথোজ য়াম্না হাপ্লা লম্নপুং-মশাং য়াম্না চীংয়াগী থেন মশীং য়াম্না লৈবদা মোইরাং লমদম্বু লৈকাই ৭ থোক খোং ৭ তেংবাডমদনা পাল্লম্বা পুং ওইবদা খুয়োন লম্না অমনা অমত্ত্ব থডনদা য়াইথডদনা পাল্লম্বা লমনি। মথম অঁাদা লৈবাক শেম্বা লাই ও মক্লা মথোল থোক্লা ডংনা

ময়েক তরেৎমাবু থোকনা সানসেমবাপুঙ চোয়নৌ সনা চংলৈলেম রুপা থেনমায় লাংবপুঙগী মোইরাং কংলৈরোনবু হয়া লাউনা তেংথারককে ॥

কেগে লয় তরেৎ য়াংদৈথা খোইয়াংবা থুনফমলেন মোইরাং য়াংখোংচামবা লয়মায়ায় ঙানবা থাইফবনা থাইবা পুঙ ॥ থোংঙাই তেমফাবনা তেমফাবা পুঙনে। খোইমোম সনথোং য়োয়ভাপুঙ তাপুং ও মানা মোমঙু সূনা থাঙতিন লংকুম সুংচিননানা পামফবা পুঙনে। চীৎমারাবা থিংলো য়াতোন থোংনা ত.উথংবা পুঙনে ॥ পামেল হয় উতোমপোক থোয়মা লাংবল তোমপোকপাতা তোংনা পোনবি ঙংকোয় তোমথিনচেক চেকলা লিকসি থরাংবিনা থোংথৈরাই। কেগেস্থূনা য়িরানখোং মোইরাং রানবিস্থূনা য়িতমখোং চেকলা পোনবি থিকক্রি অমুবনা থূৎফাং লয়চেং ফামনা হোৎনা লৈশীরহূনা লৈকাই ৭ থোক্লা শেয়ৰা সনা লুপানা মরাং কায়না শীজিনহূনা লৈরম্না লমগী মমিং ওইবা মোইরাংদা লৈবা লমদমগী মমিং কংলৈরোল কৌবা লাইরিক অসি ইমা নঙবু খুরুম্না হায়জ-শোঙ্গরকে ॥

লৈবাক কৈদোম ৭ থোক্লা থায়হূনা খোইয়াংবগী খুনফম ওইহূনা মোইরাংগী য়াংখোংজাম্বনা ময়াইদা লৈরগা ঙানবা শলাইগী থাইফবা কৌবনা থায়দোক্লুনা শেমবা পুঙ থোংঙাই তেমফাবনা তেম্না শেমবা পুঙনি। শম্থোং নিংথৌগী লমসিদা তাপুং ও মক্লা থাঙদিন তাশিনবা লংগুম্না তিন্নহূনা পাল্লবা পুঙনি। মফম অসিদি ওকলেন লাবশিংনা নীল্লূনা লৈরমবা পুঙনি। লমদম অসিদি থোইদোকপা ওইনা হৌবা হয়পাল থক্তা মঙকশম লাংবা লমথুম্ কৌবী থোইদোক্লা নিঙথিরবী উচেক্লা তোংলগা মঙক চোয়না খোংব লমনি। কেগে লমগী মচা মঙশিংনা লাইজা ঈশিং অফববু থিরক্লমবা অহূগা থিক্রি অমুবীনা মখোঙনা লয়চেঙ খোৎনা-খোৎনা

লাইচা য়িথিবদি য়িথঙথোঙ থোংলেন লাইচা য়িরম তরেৎমানা থোংলেন য়িফাউরমনে। থমপাল লৈরম ৫ মানা মালেম লাংচথৈ অরিবা থপি সেনকোইরেন অপানববু খোয়না মায়য়োকনানা নোংসাবাপুঙ পুঙলেন য়াইফবা পুঙনে। মারাঙ কাইমুবা পুঙলেন য়াইফবা পুঙনে। মরোং য়াইমুবা পুঙলনয়াই ঙাংঙোই হাওতংথোংবু নাতৈনানা নোংসাবা পুঙনে। কেগে কংলৈ ঙানথা মদাইমাদি মপল লোকলৌ থামেল লোকপম চনুনা পুঙলিংয়ে। মরুমবী থমবা য়িমলেনবম চনুনা ফকলোং নাকতা য়েপ ফিবুল লুদা থোংনা থংলেন ঙানবা সিরাইকংচা পুঙলেন নোংচুয়ায়দি কদায়নো হায়না পুঙথিবদি পুঙথিরাই। কেগে হনবা কোকচাউ হনথু লাইথম ঙাংঙোই পাথৌখু পাথৌহন থুয়োন লিকতকপী লিকতপা ঙানথম নমতাঙবী নমতাঙবা। ঙাংলৌ

---

লাইজা ঈশিং থিবদা ঈশিং থোক্লকথিবা খোংলম তরেৎমক অসিবু ফাওরকখিবা লম্নি। খোইয়ম লাই ওইরবা লাই ৫ মক্লা কোয়োহনবা নুমিৎপু মায়য়োক্লরগা কোয়ো মৈশা মঙাল কংনা অফবা খুন্দাবা য়াবা পুঙ ওইনা শেম্বা লম্নি। মরোঙ কাইমুবনা শেম্বা থোইদোক্লা ফরবা পুঙনি। অতুগা মরোঙ য়াইমুবগী পুঙলেন ময়ায় অসিদা লৈবা ঙাঙোই হাওতংথোং হায়না থঙনবা খোংগা থংনবা লমদম ফাওবা লৈঙাক লৈকন্দুনা লৈবা পুঙনি। কেগে লমদমগী ঙানবা লৈকাইদি খামেললোকপম চনুনা লিংখচ্চবা লমনি। মডালোয় থম্বা য়ুমলেনবম চনুনা মকোক্তা ফিবুল হাপ নাক্তা ফক্লোং য়েপ্লগা ইথংলেন ঙানবা শিরাইকংচাগী পুংলেন নোংজুয়াইহুবু কদায়দনো হায়না থিরকপদা থঙজবা মতমদা কেগে লমগী মপু হনু কোকচাউ হনু লাইথম, ঙাংঙোইদনা পাথৌখু পাথোইল, থুয়োন লমদনা লিক্তকপী লিক্তকপা, ঙানথমদনা নমতাঙবী নমতাঙবা, ঙাংলৌ

থিকনাংখু থিংনাংহল। হিথাফাল্লৌ নাউরিখু নাউরিহল। খাবী পুরেননা ঙাকপা পুঙ মোইরাং পারেননা ঙাকনা কে ইবা লমনে। নোংথৌ খোরি ফাবনা কোরৌ নোংপিল পোপোপপু থংচিং চীংমৈ থিননা থুনভারাই। নিংথৌ থোংলেন হয়িংখোইচা অরিবা পুচেং হাননা নিনবা লাংচেং হাননা ত উবা খোয়মা নাকপাক মরোল হনা কেগে খোরি পুঙরা হাননা থূনদাবা। থোংলেন হয়িংখোইচা অরিবনা কুংকা শিকপী মফমহোং মথক য়িনলুম মফমতাউ য়িমবী চাউরা মপাল ফকনা চাইবীপুঙ চাইবী থুনদা পুঙনে। কেগে হাওভোনবানা য়াঙরো সানামুং মেনাং তনবা তুরেংকাই অঙোববু হামেঙ নমদা পোনা লমওকপুঙ মোইরাং কায়য়াবনা য়াংলা হুমাই খোকসাং সুনা থুনচাপ্চনে। পংচিং চীংমৈ থিননা নোংথৌ কয়রাক লমদনা থিকনাংখু থিংনাংহল অমগা হিথাফালৌদনা নাউরিখু নাউরিহল মখোয়শিং অসিনা ঙাক শেন্দুনা লৈবগী মথক্তা খ্বাইগী অহল ওইবা পুশিংগী পুকোক অমদি মপা ওইবশিংগী মকোকনা ঙাকনা কোইহ্নুনা শেন্দুনা লৈবা পুংনি। মফম অসিদা সন্নারেনগী মচা ইবুংঙো খোরীফাবনা নুংথিল পোবোপ্তা থাংজিং চীংগী চীংমৈরোমদা কুম্লকুগা খুন্দাখিবদা নিংথৌ থোংলেন হয়িংখোইচা কৌনা ইহান হান্না লম নীন্দুনা লাং য়ান্দুনা লম্পাক ওইনা শেন্নগা খোরীপুংদা ইহান হান্না খুন্দাখিবনি। অসিগুম্বা মফমদা হয়িংখোইচা অরিবনা য়ুম্বী অচৌবা য়ুংলগা মথক কুপ্তুনা অচৌবা য়ুম শারগা ফুঙ্গা সিংহ্নুনা খুন্দাখিবা লমনি। অহুগা মফম অসিদা কেগেগী হাওভোনবনসু হামেং অঙোববু মনঙ্গন্দা পোহ্নুনা পুরক্লগা লাকপদা ওকনরম্বদা মোইরাংগী কাইয়াবনা হুমাই মখোক অশাংবা পায়হ্নুনা লাক্লগা খুন্দারম্বা লমদমনি। অমুম্বা থাংচিং চীংগী চীংমৈ ইন্না মথং মথং কয়রাক্তগী

স'না লৈসং লৈঙৌ ঙংকোয়নানা সনা সেকপিন খাল হুমাই মাই-
রেং হৌ থোনবা য়িমলেন খাননা। চকথাঙ য়ারোঙফান মৈপুল হাই-
চাউ থাননা পানরা কৈনিংথৌবু লাংক্লোই থোঙরোইনানা খুনদাফবা
পুঙলেন য়ায়নে। কেগে চেঙকয় তরেৎ থিন কৈথেল মাপল কানা
লাংকোই সামু সায়াম লোইনা পানফবা পুঙনে। কেগে উমংলাই
মাপলমাবু মোইরাং লাইথোঙ সীনরদি থিপী থীরেনগা থিরেন চাউ-
রেনগা লয়কাচেংগা নোংকাচেংগা মুংকাপাককা নুঙমায়চোংবগা মকু-
রোনগা খোইমোম লাইরুপ মাপলমাবু মোইরাং লাইথোঙ সীল-
লাবগা কেগে চাউহৌনা মোইরাং সাংহৌনঙৈনে হায়না কেগে
মাচেৎমানা হুমিং খোকলুম লাংও। মোইরাং মাচেৎমানা কুরেক
হাইখোং তাইও। কেগে মাচেৎমানা য়িপুং লমপুঙ লাংও। খুয়োন

---

বুমকপগুম্মা লৈশং লৈঙৌনা ঙক্কা কোয়না শিরগা থক্তা সেকপিন খাল নাক্তা
হুমাই হুম মথোল মাইবা পেক্সাউ থাল্লগা চকথাঙ কৌবা মন্না লোঙরা থাঙ্
পারন্থনা মৈরা মৈবুল থাল্লগা কৈরেন অচৌববু শগোল তোংবগুম তোংন্থনা
লাক্লগা খুন্দাখিবা লমি। মকম অসিদা চেঙ্গ ৭ থিল কৈথেল ৯ কাহল্লগা
শামু ময়াম লোইন্থনা পাল্লবা পুংনি। অন্থগা কেগে লৈবাকসিদা উমংলাই ৯
লৈননবা লাইনী থুকম শীনখিবদি থিপীগা থিরেনগা থিবেনগা চাউবেনগা
লয়কাচেংগা নোংগাচেংগা মুংগাপাক্কা নুংমায়চোংবগা মকুরোলগা লাই ৮
লৈ। ৮ অসিগী মকোক ওইবা লাইদি হেপু খুনমাবা কৌই, অসিগা লাই ৯
ওই। অসিবু মোইরাং লাইকমদা মকম চানা চানা লৈনবা শীল্লগা কেগে
লৈবাক অসিবু মরাক মমুং চাউননবা লৈকাই অমনা কোরৌহনবা নুমিৎলু
ল্যাংলু; মোইরাং লৈকাই মচেৎ অমনা কুরেক হাইখোং তাইও। কেগে
লৈকাই মচেৎমানা ঈপুং লমপুং লাংও। অন্থগা খুয়োন

মাচেৎমানা য়িরেন তমলেন তাইও। কেগে মাচেৎমানা সৌকারী হংকেন লাৎও। মোইরাং মাচেংমানা লৌকুম লৌকা লাৎও। কেগে মাচেৎমানা উতোম উফাং লাৎও। মোইরাং পুমনা হুপনা কোংলো লমহাইও। সাপন লমতাকও। কেগে পুমনা তিননা থাংভা ফমতমও। কারাং থেনকা-ও। হয় য়ু য়ুতংও। খুয়োন তেপি তেসা লাৎও। হুমিং লুমনা লাৎও। মোইরাং মাচেৎমানা কুরেক লাইখোং তেংও। কেগে মাচেৎমানা য়িপুং লয়পুং লাৎও। খুয়োন মাচেৎমানা হিপোং লমপোং লাৎও। মোইরাং মাচেৎমানা সৌকারী হংকেন তাইও! কেগে মাচেংমানা লৌকুম লৌকা লাৎও। মোইরাং মাচেৎমানা উতোম উফাং লাৎও। কেগে পুমনা তিননা কোংলো লমখৈয়ে। সাপল লমতাকয়ে। মোইরাং পুমনা

---

মচেৎ অমনা ঈরেন তমলেন তাইরো। কেগে মচেৎমানা লৌকুম লৌকা লাংলো। কেগে মচেৎমানা উতোম উফাং লাংলো। অদুগা কেগে মোইরাং লৈবাক্কী মীয়াম পুম্বা হুপ্পা থোক্নুনা কেগে মোইরাং লমদমসিগী অশোঙবা নারক মোংসোং পুম্বা হাইদোক কোকথোকও অদুগা মাগী মাগী লমখৈ তাক্লরো। অদুগা কেগেগী মীয়াম তিন্নগা মোইরাং মীয়াম ফমদুনা কারাং থেনগা তম্না রা তারদুনা য়ু তংও। অদুগা খুয়োন লমগী তেপি তেসা লাৎলু। নুমিৎ মাবু ঈরাং খুরুম্লরো। মোইরাং মচেৎমানা কুরেক লাইখোং তেং কেগে মচেৎমগী মীনা ঈপুং লয়পুং লাৎলু। খুয়োন মচেৎমানা হি-পোং লমপোং লাংলো, মোইরাং মচেৎমনা শৌগ্রী হংগেন তাইও। কেগে মচেৎমানা উপাল ফাইবোক কারোং ওইবশিংবু লাংলু। অসুম্না কেগে মোইরাং লৈবাক মীয়াম হেৎদুনা লৈকাই খুনথোং য়াংনা লমগী ঙমখৈ খঙনখিয়ে। লোরী সাবলনা লমখৈ ওইবসু তাক্লম্মী। অসুম্না মোইরাংগী লৈকাই মীয়াম

তিননা থাংঙা ফমতময়ে। কারাং থেনকাইএ। হয়য়ু যুতংয়ে। খুয়োন তেপি তেসা লাৎনা পানবা পুঙনে। পুঙলেন ময়ায়রেননে। কেগে কংলৈ ময়ায়রেন মমায় সুমংখাংপাল লাংকোই সারোকপুঙ লংমাই লমপুপা অয়াং ফানচা মানাউ কোঙয়াং লৈকসি-সু মাখুৎ মে ইখূৎ ভানাবা মমায় মোইমায় য়িববু লংমু সেংভাকনা লয়হৌ সেংওইনৈয়ে। হুয়েল লাননিকিতি লোকতাক পনয়া কোয়বা অমু তারমসু হাওচেং নমপোককী পাথং মসা পাংমানা লৌরী নাংসনা পাথং মসা পাংমানা তীনবী মরুভূপপু ওমনাবা রাহী কোকতাইসম খোইয়া চিনতাই মেননা সমু খুৎনিংথো তোমপোকপানা ভামু তোকতো থেমববু ফানাসঙনে। তুপি য়োইকংলা কংলা ময়ায় লেপ মোইরাং থাংঙা লয়কায় পানসংমাদি ভাংলো ভানথা খুয়োন সেকলো তিল্লগা থৈপুঙ য়াকা তম্না ফয়রে। মতা ফবা থেন্দা কানরে। হয় রা চাবগা লোয়ননা য়ু তংহুনা থকনিল্লরে। খুয়োন লমদা তেপি তেসা লাত্তুনা পান্নরকপা পুংনি। অসিগুম্বা পুং ময়ামগী ময়াইওইবা লমবু সুমখোংপাল কৌহুনা লাঙ্গোই শায়াম ফাবা পুং ওইবতা নত্তনা লংমাই লমগী লম্বুবা ওইবা অয়াং ফানচা মনাও কোঙয়াং লৈকসিসু কৌবা মখুৎতা মোইবুং শিবা মমায়দা ময়ি ইববু লয়মুরোলদা লৈরগা চেংলৈ লমদম য়োনা খঙনয়ে। হুয়েল লানগী মতমদনা লোক্তাক পাৎকী পাংয়া কোয়বা অমু তায়মসু কৌবা পাথংনা মাগী মখুৎ নাম্মনা লৌরীগী অশংবা লোয়াদা লৈবা তীন-বীবু য়োৎনা করুগা লৌরী হাইহনা লৈবাক্লা মেনশিনবা অহুগা রাহীনচিংবা তিলশিংসু মকোক মরু ককপা য়াও ককচেং খোইয়া অরাম্বা লৈবাক্লা নন-শিন্না অহুগা খুৎনিংথো নিঙথিবনা ভমু অচঙববু থেমথ-থেমথনা ফানরম্বা শঙনি। মতৌ অসুম্না লৈরক্লবা মোইরাংগী লৈবাক অসিদা কংলা কোনুং শেমহুনা লৈবদা লৈকাই ৭ থোক্লা খায়খিবদি ভাংলো ভানখা, খুয়োল সেকলো

তুমলোঁথা। ওক চিনলাকখোং হিথা ফানলৌ য়াওস্নু পনদোল উরা লাইচিং খোইনাই ওমবু মোইরাং লয়কায় তরেৎমাবু কেগে চিংও চিংনাওমদা মোইরাং য়িমনাক ৭৬. স্মুনা পানবা পুংনে। কেগে নিংথৌ মঙাইরোয় সেনলৈ ভাইবা লুপা চিনবা থুনথা ১৫ সনা চিনবা থুনথক ১৫ লুপা পামতু চিনবা ১৫ লাংমৈ লাংচাউ চিনবাস্নুং ১৫ পোংতু লৈখামথেংপাস্নুং ১৫ সায়াও তানচাউ সিপাস্নুং ১৫ খুপোম য়াইসি লোনপা খুতাং য়াইচৌ থুবাস্নুং ১৫ য়েনতু খোকলোই থেংপাস্নুং ১৫ কেগে নিংথৌ মহিসাং ফমথৌ মঙাইরোইবু ৭৬১ স্মুনা পানয়ে হায়তাপারা। কেগে চিংও চিংনা ওমতাবা কেগে চাইও চাইনা ওমদনা পাংএ। খুয়োল তানা তা য়াংবাক্তানা

---

তুমলোঁথা, ওকচিল লাংখোং হিথা ফানলৌ, য়াওস্নু পনদোল, ওকচিল লাংখোং, হিথা ফানলৌ অদুগা উরা লাইচিংগী খোইনাই ওমবু কৌবা লৈকাই ৭ মকী মীশিংনা চিংনা চাইনা ওমদবমথৈ মীনা কুংনা খুন্দাহনা লৈকাই লৈকাই খুদিংনা মতিক মথৌনা লৈনা মোইরাংগী য়ুমাক ৭৬১ গুনা পানবা পুংনি। অসিগুম্বা কেগে মোইরাং নিংথৌগী মনাইশিং অমদি থুনথাদা লৈবা মশেল মবাইশিং ওইবা লুপাগী লৈত্রেং চিনবা ১৫ সনাগী লৈত্রেং চিনবা থুনথকী মীওই ১৫ লুপাগী লিক্লাং শিবা ১৫ লাংমৈ মতু কোক্তা থেংপা ১৫ উফোং কৌবা উচেকী মতু মানবা লৈখাম থেংপা ১৫ পাম্বোমদা তান অচৌবা শিবা ১৫ খুবোমদা য়াইশি লোনবা ( খুবোময়াই হাপ্পা ) খুদাংদস্নু য়াইচাউ শিবা ১৫ অদুগা য়েনগী য়েনতু মখোক নিঙথিবা থেংপা ১৫ নচিংবা অঙম অথৌ পুম্নমক্কা পুল্লগা অওবা ৭৬১ গুনা পাল্লময়ে। অসুম্না কেগে লমদা চিংনা চাইনা ওমদনা কুংনা খুন্দাহনা পাল্লমই। লমদম অসিগী খুয়োল্ল লমদনা খুয়োলতনা তাবা অমদি য়াংবশিংতনা

তানা ওঙয়ে। খুয়োল কংলৈ মদাইমাদি চাপুরিপুঙও কৌপাতি কভৌনোংকিনো। লহাননোং হয়িঙৈদা খোইয়ম লাইয়িংথৌ খোইরা লিসেমলকপনা নোংথৌ অসি খোইরুকুম খোইরা লীহৌ হৌরক-কৈনা চাপু নাউপু তমলমএ। হায়বগীবু চাপুলিপুঙও কৌএ। পোইরৈতা ফাথিপানা রাংঙম হায়মন তানবনা চাপারিপুঙও থোন-নৈএ। তাংখা কংলৈ মদাইমাদি সরাই সঙকৈথেকপালও কৌবদি কদৌনোংগিনো। লহাননোং হয়িঙৈদা কেগেনা মীকোনা মোই-রাংনা মীকোনবদি উচেকপু সারা ও কৌএ। পোনবি উচেক অচঙববু য়িসং লৈনা সানা লমসং লৈনা থলনা সুমলমববু পানবা কৈনা থেকলে হাম্বগীবু সারাই সঙকৈথেকপালও কৌএ। তাংখা মদাইমাদি ইপু ইবেন ফমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খোইয়ম

পাল্লম্মী। অসিগুম্বা খুয়োলগী লমদা চাপুরিপুং হায়না লৈবা লম্ব মিঙ্গৌন-নখিবদি করিদগী কৌনখিবনো হায়রবদি থায়না মমাংঙৈ হয়িঙৈদা খোইয়ম লাইনিংথৌ ওইবা লাই পুম্বগী মকোক ওইদ্রনা লাইশিংবু শেম্নকপনা উচি-খোইনা কদায়দগী লাকপনো খঙদবগুম হৌফম খঙহন্দনা পুম্নমকপু শেম্বিরগা তেংবানবসিদা চাদা-নাউদা তাহল্লময়ে হায়বগীবু মফমসিবু চাপুরিপুঙ হায়না কৌনখি। অসিবু পোইরৈ অসিদা লৈবা অশেবা, নিংথৌগী অঙম্বা ওইনা লৈরবশিংনা চাত্রিপুং হায়না মিংথোন্নখিএ। তাংখা হায়না কৌবা লমগী শারাইশঙ কৈথেকপাল কৌবা মফমবু করিদগী কৌনখিবনো হায়রবদি থায়না মমাংঙৈদা কেগে মোইরাংগী মীশিংনা উচেকপু সরা হায়না হায়নৈ। মুমদা য়োকপা উচেক অচঙববু মথক্তা অশংবা উনা-রানানা কৃগুনা থম্মবু পানবা কৈনা থেকগ্রে হায়বদগী সারাইশঙ কৈথেকপাল হায়না কৌনখি। তাংখা লমগী লম অমদা ইপু ইবেনফম হায়না কৌনখিবনা করিদগীনো। তেংবানবগী

লাইরিংথৌ মালেম লয়সেমবা কোরো নোংসেমবা লাইচা য়িথারবনা অরাং কোরো নোংমাদোনদাগী লাইচা য়িবু পুনা থারকয়ে হায়বগীবু ইপু ইবেনকমও তৌনা কোয়ে। কেগে ইপু ইবেনকমবু নাতৈনানা ঙাংখা কংলৈ মদাইমাদি ঙাংখা চীংনুংসোয়ও কোবদি নয়ু খোইয়ম লাইরিংথৌ চীংগু চীংসেমবা মালেম লয়হৌবা চীংলেন পলংলা অরাংববু সানসেমগে হায়ববু য়িনুং কোবাসোয় চীংনুং নোংগা সোরবনা হালদে হায়বগীবু ঙাংখা কোবা চীংনুংসোয়ও তৌনা কোএ হায়দবরা। কেগে লোখা তুরুমথোং মোইরাং চামলৌ তুনু পোপ থাংজা লয়কোয়থোং ঙমলোন নাতৈনানা রাংলৈ য়ুরুম্বী কোবদি কদৌনোংগীনো। নুরাং নাহা য়াওসা তানবনা য়াওরো সাপানলাং চকমোম ঙমথায় তাননারকদৌদা রাংলৈ খোংতোংয়ুবু থামবী মৈদা

---

অপু কোরো নোংশেম্বা মালেম লৈবাকলৈমবু শেম্বীবা মালেমথক্তা লাইজা কীশিং তাহনবীরিবা লাইনিংথৌনা কোরো নোংমদোম্বগী লাইজা ইশিংবু পুথবিরকএ হায়বদগী মফম অত্থবু ইপু-ইবেনফম হায়না কৌনখি। অসিগুম্বা ইপু-ইবেনফম হায়না খঙনবা লমসিগা তাইনবদা লৈবা ঙাংখা লমগী লমদা ঙাংখা চীংনুংসোয় হায়না কোনবা লমথুদি নবুথৌ লাইনিংথৌ ওইবা চীং মান আলেমনচিংবা শেম্বিবা লাইনা অরাংবা চীংবু শেমগে হায়না তৌরকপদা নোং খানখিবনা হানথরে হায়বদগী ঙাংখা লমগী চীংনুংসোয় হায়না কৌনখি। কেগে লমগী লোখা তুরুমথোং মোইরাং চামলৌ তুনুংপোপ থাংজা লয়কোয়থোং হায়না খঙনবা লমগা থংননা লৈবা লমবু রাংলৈ য়ুরুম্বী হায়না কৌনখিবদি কয়িদগীনো। নুরাং নাহা য়াউসা তানবনা শা ফানবা থোরাং তৌরকপদগী থাম্বী মৈরক খায়না তায়রকপদা বারবা চোকথররবা মতমদা লোয়লাকপাখুবু মৈদা

লুমনা থকুলমল্লে হায়বগী রাংলৈ যুরুমবীও থোননৈএ। তৌমু পান-কোয়য়া অমাই সিওয়েনথা কেগে লাইতোনচম লৈমা থাংনৌবীগা মোইরাং নিংথৌ য়িথাই কাইরেমবগা মদাইরেম অঙমবা মারেম লয়-পাক কোইবা পুমনামাগা লেনতাক পুংথোলএ। পুঙতু থোংতোএ। হুয়েল লাননিগীদি উথিৎ থিয়ামচেককা উমু লাইতাওবা উরেন পেং-চোইবা থারা নাকতাংবাগা অচওবা ১০০ অসিবা ১০০ হোঙনেম পুঙনে। কেগে লাইতোনচম লৈমা থাঙনৌবীনা ইদাইরেম রায়রা সাফাবা হুয়েল লানফাবদি তরা লুকতামবানাও। রায়রা সাফাদা হুয়েল লানফাদবদি য়াংলৈ তাউবা ইহুইগা সোঙপু য়িনুংচংগা তরা চুমমননৌও হায়না পাউমেনখোনগী মদাইরেম রায়রা সাফাদবা হুয়েল লানফাদবা পুমনামানা য়াংলৈ তাউবা মহুইচা সোঙপু

---

লুমগা থকুমী হায়বগী রাংলৈ যুরুম্বী হায়না নিংথোমথি। তৌমু তৌশং লাং মপাল য়ান্নফমগী মপান্দা অমাই শিওয়েন থাদা কেগে লমগী লাইতোঞম লৈমা খুাংজেংবীগা মোইরাংনিংথৌ ইথাই কাইরেম্বগা মনাই-মসল অঙবা লৈবাক কোইবা পুম্নমক্কা লোয়ননা লেনতাক কৌবা মফম্ব ওইনবা পুং ওইনা থোক্লে। অহুম্না পুং অহুম্ব রুংনবা তু-খোং তোএ। মফম অহুদা উচেক য়াম্না ময়াম ফানবা হোংনবদা উথিৎ থিয়াম্বীগা উমু মকোক তাঙবা উরেনবী পেং-চোইবা থান্না কৌবা নাক্তাংবগা লোয়ননা অচওবা উচেক ১০০ অশিবা উচেক ১০০ ফাদ্না হোঙনেম্বা লমবন্নি। অসুম্না হরাও ফুক্লে তৌরিবৈদ্রা লাইতোঞম লৈমা খুাংজেংবীনা ভয়ম অচানবা-শা। শাফা লানফা তৌবদা তরা চাকপু হাউনা চানবশিংও। শাফা লানফা তৌবদা শা ফাবা ওয়কত্রবদা ~~ঐনী তাউবা হুই অসিবু চাজরো হায়রকপদগী মনাইশিং শাফা লানফা~~ ঙম-দবশিংদুনা য়াংলৈ তাউবা মাগী হুই অসিবু

মনুংচঙগাদি করম চুমমননাসিবনো হায়না পাউয়াদরবগী কেগে স্থপ-শাচিংবা হাওমুরাবা অথোবা পানবা কৈকাপপানা হয়েং কেগে চাদোননা মোইরাং স্থদোননা হায়নারগনে। তরা চাকস্থং খায়। সারেন সাস্থঙ থেকচানাকে। থুমনাউ মথুতোন য়েননাউ মসাতোন-স্থঙ থেকচানাকে হায়না তরা চাকস্থঙখায়। সারেন সাস্থঙ থেক-চানানা য়াংলৈ তাউবা মহুইচাগা খায়চানারে হায়বগী কেগে থেকনা-পুঙ মোইরাং খাইচাপানও তৌনা কৌএ। লমলেন লোকলাউ নিংথৌখোং কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেগে মোইরাং নিংথৌ য়িথাই কাইরেমবনা পামেল উক্রোং হোঙগে হায়বগী মদাহরেম ঙাইখোং মরমপুবু থৌসাখিয়ে। ঙাইখোং নিংথৌ অমেবস্থং কুম-লকও। মপারী নিংথৌবস্থং লাকও। সনদং নারেংমাস্থঙ চিংলকও।

করম্ম চাকুপবনো হায়দুনা য়াদরবদগী কেগে মীয়াম্ব লুচিংলিবা হাওমুরাবা বেৌবা অথোবা পানবা কৈবু কৈকাপ্পা ঙখা অদুনা হয়েং তুংদা ইচা ইশুশিংনা ঐখোয়গী ইতৌ তয়হৌরগনি থিনা হায়ৎখিগনি। অসুম্মা হায়রগা তরা চাক খায়নরদুনা শারেন শাবু হাৎনা চানরগে য়েনবী য়েন্নাউদুম হাৎনা চানগে হায়দুনা তরা চাক খায়রগা শাসু হাত্তুনা অমদি হুইদুবুসু হাৎলগা চানরে হায়বদগী মফম অদুবু কেগে থেকপুঙ মোইরাং খাইচাপান হায়না কৌনখি। অদুগা লমলেন লোকলাউ নিংথৌখোং হায়না কৌনখিবদি করিদগীনো। কেগে মোইরাংনিংথৌ ইথাই কাইরেবনা পামেল উক্রোং হোঙগে হায়বগী-দমক মনাই অচানবা ঙাইখোংগী লম্ব ওইববু চৎহনখি। ঙাইখোং নিংথৌ অমেবা কৌবসু কুম্মকও অদুগা মচানিপা নিংথৌবা কৌবসু লাকউ। শঙং অমসু নারেং থাংদুনা চিংলকউ।

---

ইথাই কাইরেম্বা মোইরাং নিংথৌশিংগী ৩০ শুবা নিংথৌনি, চহী ৪২ নিংথৌ ওইখি।

সেনচাউ নমদা পোনা খাংখা খামেনপোনস্থং মসিঙ ১০ স্থনা হাল-লকও রাকয়ৈ হিমাস্থত থারকও হায়না থোগীশিববু ভাইথোং নিংথৌ অমেবদি কুললকতে। মপারী নিংথৌবগা রাকয়ৈ হিমাগদি থারকয়ে। সনতং নারেংমাকা সেনচাউ নমপোমাকা খাংখা খামেন পোনস্থঙ পুরকতে হায়বগী মপারী নিংথৌববু পরয় লানকা সানা হাৎনারে। পানবা কৈনিংথৌ অমাস্থং ভননা থারকয়ে। হায়বগী লোকলাউ নিংথৌথোং খুয়োন মেনমতাক পানবা কৈরানলোকও তৌনা কৌএ। লমলেন লোকলৌ নিংথৌথোং খুয়োন মেনমতাক থোইনাই তাইদিরৌ পূকফাৎ সাপৈরৌ কায়রৈ য়েনলুলৌও কৌবদি কদৌনোংগীনো। থোইমোম কৌপরু অঙাংঙাকা মপারী খুয়োন য়োইথোপচাউ থোপচাউ অহনবগা থোইয়ম অনিমাবু ওকনারে।

---

শেন্না শাবা কোল-লিক্কচিংবা নঙ্গন্দা পোন্নগা খামেন পোন মশীং ১০ গুনা হান্দূনা পূরকউ। অত্নগা হি অমসু থারকউ হায়না চৎলগা হায়হল্লববু ভাই-খোং নিংথৌ অমেবা কৌবদি কুম্লক্তরে। মচানিপা নিংথৌবা কৌবগা হিগা থারকখি। নারেং থাংবা শগুংসু কোল লিকসু খামেন পোনসু পুরক্তে হায়-দুনা ভাইখোং নিংথৌগী মচানিপা নিংথৌবা কৌববু মখুৎ পুল্লগা হাত্তোক্লে। অত্নগা পানবা কৈরেন অমসু খুদক্তা থারকখি হায়বদগী মফম অত্নবু লোকলাউ নিংথৌখোং খুয়োন মেনমতাক পানবা কৈরানলোক হায়না কৌনখি। অসিগুম্বা মফম্বু লোকলৌ নিংথৌথোং খুয়োন মেনমতাক খোইনাই তাইবী-লৌ পূকফাৎ সাপৈরো কায়রৈ য়েনলুলৌ হায়না কৌনখিবদি কয়িদনীনো। লাইগী মশক ওইরবা কৌব্রু অঙাংঙাগা মচানিপা খুয়োন য়োইথোপচাউ থোপচাউ অহনবগা মাথোর অনিমক ওক্লখি।

কায়রৈ য়েনম্বুং মথাসেং তেকপি ওকম্বুং সাপৈলোন ওকনারে হায়-বগীবু কেগে ওকনরেল মোইরাং থংনরেল খুয়োল মেনমতাক কায়রৈ য়েনথারো খোইনাই তাইবিরো পূকফাং সাপৈলো কৌবা খুয়োন মেনমতাকপু নাতেংনা কেগে লোয়াইচাউ মোইরাং পুপালরা পুপাল লমথুংসি লাইনিংতোউ কানারম লাই পাখং তননারম। লাই পাখংনা হূললাবদি লাইনুরান ওকলৌচীং লাইনুরানা হূললাবদি লাইপাখংনা ওকলৌচীং নুরা ফিবুল ভাইরনচীংও তৌনা কৌগে হায়দ-বরা। মাসেম পুংতোইচীংদা পানবা রা কোংয়াঙ য়ানিংথো কৌবদি কদৌনোংগীনো। *কেগে মোইরাংনিংথৌ লৈয়ু পুনসিবানা মপারা সাংতবা মনোম কুমদবগী কেগে মপালাই ভাংচাই মপুলাইবু কৌবা

মহুদা য়েনগী মথাশেং ওক্নী মপৈ লোনা ওক্নরে হায়বদগী মফম অহুবু কেগে ওক্নরেল মোইরাং থংনরেল খুয়োল মেনমতাক কায়রৈ য়েনখারো খোইনাই তাইবীলো পূকফাং শাপৈলো হায়না খওনখিবা লমদম খুয়োল মেনমতাক অসিবু লানথোক্নমা নৈনা লম্বু কেগে লয়াইচাউ মোইরাং পুপালগা পুপাল লমনুংশি লাইমিংতাও কানারম লাই পাখংনা ওন্নরমগী লমদম্বু লাইনুরা লাইপাখংশিংনা ফিবুলহাবী শান্নবদা লাইপাখংনা হুল্লগা লাইনুরানা ওকপা চীং লাইনুরানা হুল্লগা লাইপাখংনা ওকপা চীং অসিবু নুরা ফিবুল ভাইরল-চীং হায়না কৌনখি। মাসেম পুংদোইচীংদা হৌবা রাবু কোঙয়াং য়ানিংথো হায়না কৌনখিবদি কৱিদগীনো। কেগে মোইরাংনিংথৌ লৈয়ু পুনশিবা কৌবনা মচানিপা অমদি মচা ইবেম্মা অমত্তা পোক্নবদগী কেগে মপা পোকপা লাই মোইরাংগী মপু পোকপা লাইবু

*মোইরাং নিংথৌ লৈয়ু পুনশিবা, মোইরাং নিংথৌশিংগী ২৬ শুবা নিংথৌনি।

লাকথোংকা চীংঙ, থোংপাল ৱায়না কোরৌ লনসামনগী ককনা সমচি লমতাই থেংনা পানবা ৱাবু কোঙয়াঙ ৱানসেমনা লোকলৌ সেঃৱরেন থেমলে। কেগে লৈমা ৭ মা মোইরাং লৈমা ৮ মা। সামন লৈমা নামোইনু মোনফু লৈমা মৈতেনু খরোয়রোল ভোনংনু মহোপাল পোংকমবী ঙাংখারাকপী কোঙয়ামবী হুয়েল সাচঙ লেংগা তাংফবী মোইরাং লৈমা ৭ মাকা অঙমবা লাললৈ ফমনাইবা পুম-নামাকা ভরেং সেনফাং বৈ ৱাংলেন মরাঙ হৌনা কোরৌ লনসায়ে। লোকলৌ নঙনা সোয়রেন হুন লাংলেন ৱামিং চোংবগা ইপারী সাংনবা ইমোম ফুননাবগা মাননাসে হায়না ময়ু থা জিং লাইনরুবু সরী ৱাসকনানা চীংঙু লনসামনগী খোইমাম মরনকুবু লোকলৌ

খুরুম-খাজংজনবা হৈকৎ লৈকৎ ভোত্নুনা চীংঙু ওইরবা মখোয়গী লাইথোংদা পুক্লিং হকচাং য়াওনা নিংজন্নুনা লাইনিঙ পরয় চেচ্চবদগী চহীগী ওইনা মশীং কন্না হোৌবা ৱাবু মখোঙ শেংদোক্লগা ঈরাং পুরুমজন্নুনা অনৌবা ৱাপালগী উশোয় হুন্নবা থৌনিজরে। কেগেগী লৈমা ৭ মক মোইরাংগী লৈমা ৮ মক হায়নবদি সামন লৈমা নামোইনুগা মোনফু লৈমা মৈতৈনু, খয়োইরোল ভোন-নুশূ, মহোপাল পোংকমবী, ঙাংখারাকপী, কোঙয়াম্বী অমসুং হুয়েল সাচঙ-লেংগা তাংফবী হায়না খঙনবী মোইরাং লৈমরোল ৭ মক্না লোয়ননা মোই-রাংগী লাল্লোই ফম্নাইবা পুম্নমক্না লোয়ননা পুং-শেল য়েংনুনা মীয়াম চঙনা ইনিন নিন্না লাইগী মিংথৈ শোন্না থৌরম ভোয়ে। মতুংদা মোইরাং নিংথৌনা হে লাংলেন কোঙয়াং ৱা নঙনা অনৌবা উশোয় হুন্নবা ৱামিং হেক চোংবগা নিংথৌ ঐগীসু ইচানিপা অমদি ইচানুপী পোকপগা মান্নসিকো হায়রন্নুনা মবুথৌ থাংজিং কৌবা লাইশিংগী মকোকপু পন্না শরী ৱাশকরন্নুনা চীংঙু মাবু লাইনিঙ চেংনা নিঙজবদগী খোইয়ম মাগী মথৌজান্না লাংলেন কোঙয়াং ৱানা

লোয়রেম হৌনদা লাংলেন য়াম্বিৎ চোৎবগা মপারী তুশেনবা "মখোম তুম্বেমবী সাজনবগা মাননারে হায়বগী মাসেন তোংতোক পুন্ডদা পানবা রা করুনা। মমচি লমতাইখেৎত্তা রোঙবা রা ও তোনা কোএ। লম-এলেন মদাইমা মেত্তিংঙু চাংখোং লমক্যামপা খোংবু নাক্তেমানা লম লেন হয়ালাউবীও কোবদি কদৌনোংগীনো। নোংচুপ উরা কোঙ-য়ামবীনা মপারী থরাম লায়রববু থানলৈ যুপুন্ডথক্তা য়িনলুম সোক-তোং অমনা থককা থোং য়িংলুন সাকতোং অমনা থাগা থংনা শোমলেন তুমকনহললে। মপল পলেম মমা পোকমাবী নোংচুপ উরা কোঙয়ামবীদি হাকুম কোঙয়াঙ রাক্ত তোনকোনববু খোয়নৌ লয়রীথোনবম চহুনা থানলৈ লোরওজেয়ে। লরাই কামুংথোকপু খুৎপাক তিলাইমেন য়োংলৈ নোংথাঙ কুপ থৌরে তোনদালং য়োংহয়.

য়াম্বিৎ উপোম হেক চোংলকপগা মোটরাং নিংথোগীসু মচা হবুংতো তুশেখা কৌবগা ইরাংলোন তুশেখা কৌবীগা মথং মথং পোক্লকপগা মায়খয়ে হায়-বদগী মফম অহবু মাসেম তোংদোইপুংদা পানবা রা, করা শমজি লমদাই-খেৎতা ওংবা রা হায়না কৌনখি। মৈদংঙু চীংখোং লমক্যাখাখোং হায়না খঙনবা লম্ম লাম্বোক্লগা লৈবা লমদম্ম হয়ালাউবী হায়না কৌনখিবদি করি-দগীনো হায়রববদি নোংচুপ উরা কোঙয়াখী কৌবীনা মচানিপা থরাম কৌবা লায়রববু লোবকী লোশঙ মথক্তা উকম লাংহনবা য়েম্পাক্লা মথাদসু অমুক অহগা মথক্তসু থল্লগা গুমহনা তুমহল্লমী। মমা অপোকপী নোংচুপ উরা কোঙয়াখী কৌবীদি হাকুমগী অকংবা কোঙয়াং য়াগী রাক্ত অকোনবনা মথোক পানবা য়োং পায়জরগা লয়পাক লয়মায়দা লয়রী পরেং নাইনা য়ান-হনা লো য়াঙখি। মৈদা য়াইহনা শেম্লবা য়োংখোক অহবু মথক্তা মতিল থাক্লা চেংনা পায়রগা থক্তা রাংনা হাইগন্তুনা লৈবাক তৌবদা নোংথাং কুম্লঙম ইরং-ইরং লংনা থুনা থুনা তৌরগা অতৌবা লৈবাক অহনা তুংদা

খনত্তৌনানা তেংপাক লালু সা হারু লোংনা কৌ পোরোম খাদা সম য়াংত্তৌ মমৈত্তুপ য়াহী কোকতাইসম য়ুপা খুমন তাননা থানলৈ লৌতাববু অয়া হকচোক লাং য়েনপি হুয়াইলোম নুরা কানক খোই-তোমগ্নি পাখং হুমাং সেনকোয়গ্নি সমখোঙ চারন য়িপু য়িহৌয়াপাকী চীংঙু সনখোঙ মোরিবগী মমোমলোন য়াইবী লৈমা কাংনৌ তোয়া ময়লউন মালং অয়াঙবা খমকোন অহুমবা ও নঙবু পাখং চেঙজা হুমলুংলাউও। নু। থৌরৈ তেংপাংলাউও হায়না খৌনেকপাপু মপারী থরাম লায়রবনা য়িনলুম সোকত্তোংহুংদা হে হা লাউনা পাউ-খুমলকয়ে। অহুনোংগীবু হয়া লাউবী নোংচুপ উয়া কোঙয়ামবীনা থানলৈ লৌতারাই মপারী থরাম লায়রবা লৌকুমলমও ত্তোনা কৌএ। লমলেন মদাইমা সেনকোই য়াংনা লোকও কৌবদি কদৌ-

লংথোক্তুনা লৈবাক য়ানবদা অচৌবা তেংপাক য়াওবনা লালুঙম পীরা থুগায়না নাপী মোংশোংগী মরু হারু ওইবনা লোংথোক্তা ফৌরে পোরোম মতা শাংবনা তেন্না তেয়া য়াল্লগা য়াহী ভীলবু মকোক ককনা মঙম য়োনবা লৌতারকপদা রামনাখিবদগী নুরা মাগী খুবাং য়োনা চেম্বর চপা হুমাংনা মফি ফনেক ফাওবা চোংলবা অমদি মকোক্কী শমখোং পুম্বদগী চেম্বা হুম্মাংনা পুমচোং চোংনা অবাবা ওইরক্লবদা খোইংম গম্বোং মোরিবগী মচাইবেম্মা য়াইবীলৈমাগী ময়লউন ওইনবা হে খমকোন মালং অয়াঙবা কৌবও নঙবু তাইবং পাখং ওইনা শানওরুগা নুরা ঐগী ইকমদা লাকউ-গবা। নুজা ঐগী ইথৌ অসিবু তেংবাংবীরোলাউগবা হায়না নেকচরগী য়ারোলবু তারবদা মচানিপা থরাম লায়রবনা লৌশঙগী উরুম মনুংদগী হে হা হায়না পাউখুমলকখি। অংদগী মফমহুবু হুয়া লাউবী নোংচুপ উয়া কোঙয়াম্বীনা লৌতারাই মপারী থরাম লায়রবা চৌকুমলম হায়না কৌন-খি। মফম অমদা সেনকোই য়াংনলোক হায়না কৌনখিবদি কয়িদগীনো

চুনোংগীলো। কেপে খুরোন হাওয়াম কোইবগী হাউতা লায়রবা কোকলাও রাচেননাববু খুরোল হাওয়াম কোইবনা খোঙকাপ নৌরে-রাবু হানলাবগী কোওরাং রাপোৎ লৈরে হায়রে। হাওতা লায়রবদি তাওচা য়িকাই খোইরবগী য়াইবী মঙং হৌ তিসলাং মাখোয় সাউনা রাইমথিএ। পাথৌ খুরোন হাওয়াম কোইবা নওদি য়িনুং কৌবা সোর সরা মখোঙ তরঙানতাৈঙবু করিগী কোওরাং রাপোৎ সেমগম-বনো। পাথৌ য়িপিংঙা হাও মুকনা লেংকাইচল মোংবা তাচিল খুরোনাখিসে হায়না হাও মুকনা লেংকাইচল মোংবা তালিল খুরো-নখিরে। খুরোন হাওয়াম কোইবদি পাথৌ মীনমবাগী তাওচা য়িকাই নংনা সবখি খুননানখোক পাকোন খুরৌনানা মালেম লয়দা তুরাবগী কৈরা তানপম তেক নাতোল কুরোল হুনা তাওচা য়িকাই

কেপে লমগী খুরোন হাওয়াম কোইবগী হাউতা লায়রবগী অনিনা কোওরাং হাবু রাম্নবা হানবা তায়বদা খুরোল হাওয়াম কোইবনা হাওতা লায়রবদগী কোরৌ নোংজা অমা হানখিবদগী কোওরাং রাপোৎ ফানা লৈরে (রাপগ অসিদি ঐগা হারা খেংনবনি ঐগী ওইরে) হায়না হায়খি। রাহ তাবদা হাওতা লায়রবা কৌবনা ঈকাইমনখিহনা মপুকনিং রারা রারোনা শাউনা হায়রকখি। ইতাউ খুরোন হাওয়াম কোইবা নহাক্তি করমসু অহিং অসিদা নোংমকসু প্রজারিঙৈবু করিগী রাগী রাপোৎ শেমলমনো। অদুনা মরুপ ঐখোয় অনি মুক্তা শায়খিসি, লোংয়ো রেংনখিসি অওবা পাজল থেরুখিসি হায়রকপদগী মুক্তা শায়খরে। খুরোল হাওয়াম কোইবদি মরুপ্তা মীনম শোরী তৌহনা হায়নবা মতম ভাকনা মানা হাজা রাজা লৌনিংবগী রাখল-লগী মাঙজোনবা থোরম তৌরুবনা ঈকাইবা নংনা শায়বদগী শম্থি থীরুপ লায়বদা নানখুহনা নাপী অলাংবনা মখোঙদা খুরৌনবদগী মালেম লয়দা তা-রমা রাফে তেকনা মমায়বী নাতোল কুরোল হুনা তাবদগী ঈকাইবা নংখি।

নংলে শু'মলবরা। লহান মরিম কেগেনা ভেংথানা মোইরাংনা মী-কৌনানা ভেকলাববু কায়রবাও কৌরে। খুয়োন হাওয়াম কোইবদি পাথোং ভাঙচা রিকাইরবগী পেকনা কোইরা চংখিরে হাওভা লায়-বদি রাংনা সাংনা লাকয়ে হায়রগী সেনকোয় রাংনা লোকও ভৌনা কৌএ॥ লমলেন মদাইমা পাননা কৈরেন ভাকও কৌবদি কদৌ-নোংগীনো। থোইমোম শানওন মপোকলককীবু কেগে মোইরাং নিংথৌ য়িমথু পোংলেন হনবগী মশানৌ চৌংখু য়াইমা তেলহৈবা নিংথৌ শেনখাও অথুবগী মমোম নৈমা নিঙথি ভারেংবী শিজ থোইবী কৌবা শানফাংলে। পলেম মমা পোকমাবী সনলা ল'মাই নিংথৌ চঙ মশাম সোলাই চৌংনিংনাং লংমাই নোংনিংনাং থাংসারীকনা য়াক নিংথৌ চঙ পামেল উয়োনচুংগী শিংলেন লৈ কবোককুম্

থায়নহৈংদি কেগে মোইরাং মীয়ামনা ভেকপবু কায়ররা হায়না কৌনৈ। খুয়োন হাওয়াম কোইবনা মতাউগী মাঙদা ঈকায়রদগী থেকনা কোইনা চংখিরে। অদুগা হাওভা লায়বনদি রাংনা শাংনা (মমায় পাকনা) লাকএ হায়বদগী শেনকোই রাংনা লোক হায়না কৌনখি। লমদম অমবুনা পানবা কৈরেনভাক হায়না কৌনখিরদি কৰিদগীনো। থোইয়ম চৌংভু ওইবা মহাকী শাইওন ভৌনা পোক্লকখিবদি মোইরাংগী য়ুমশিং পঙয়াম রাজদবা লমগী নিংথৌ পোংলেন হনবগী মনাও ইবুংঙোয়াইমা ওইবা চৌংখু য়াইমা তেলহৈবা কোবা মোইরাং নিংথোগা হেক থংনবগী মজাইবেম্মা নীংথিবী ফজবদা থোইদোক্লবী থোইবী কৌনা শাইভন ভৌরকখি। মমা ইবেম্মা শন্না লংমাই নিংথৌগী মমোম ওইবগী মপাম লমদমদি সেলোই লংমাইলম, হৱি নোংনাংনা থোংজকপা মতমদা মকম অদুদা হৌবা উপালশিংনা য়েন্নিং নানৌ চোংলগা হৈপাল লৈপাগনা পাম্বীগী উয়োন্দগী লৈরাং ওইনা ইভৌ

লৈরাং চৌনা শাংপা লৈগুরী খিংখিং কায়নৌ শমজি লৈগুম্বীগী পালেম পিবুকনুংদগী সানকোংবী ইরাংলোন নোংপোক কোয়চৌং-মাংগী লৈহাউ লৈরেন সাংকুম্বী অঙাংবা উহী হুংচংলৈ অরাউবা হিকোক কুমপাললৈ পানবা লাগুম নৌথোইবী কবোকলৈগুম পান-থোইবী ইরাং নারা চৌংনুং থরাকলৈগুম য়াংনাকবী ইরাংলোন চেংলৌ শকপানথোংবু লোইদান মেরা থাগী য়ারা পানিংথৌগুম্বী মিংঙং থম্বাল লৈকামানবী ইরাংলোন পিস্থম পাগোই.থাংবু য়েংবস্থুং লকা ভেনজুমবগী লীরী থেনচোং ভিংগুম্বী ইরাংলোন কায়নৌ শমজিবু য়েংবদি শমলাং নাকতৈ পাংমানা মরিম কোনথা কমলেন ইগুম্বী ইরাংলোন কায়নৌ নমজিবু নছু ভাংভোই য়োইমোংবা

---

ভোনা থোংনা শাংলকপগুম্বী নুরা ওইবী.শংগী মচা ভারবা শল্লাংলক্তা থেংপী লৈরাংগুম ওইরবী মমা ইবেম্মগী পিবুকনুংদগী পোকচবী নোংপোক মায়কৈগী চৌংশাংদা হৌবা লৈহাও লৈরেনগুম্বী ওইনা পোকচবী ইরাংলোন (মোইরাং চনু) দি অঙাংবা মনা গা থারগা অরাইবা হিগোক মচুনা কুমগী মতম ওইবদা থিনগংলকপী শফু লয়োনগুম ভনৌবী ওইবা কবোক লৈগুম পা নরুবা থুদিং হেন্দুনভা লৈরবী মজাইবেম্মা ওইবী চৌংনুংদা শাংগা থরাকলৈগুম নীংথিবী মোইরাং নংথোগী মজাইবেম্মা ওইবীগী চেংলো শক্তম অঙ্গদি মেরা থাগী পুনিমাগী মতৌগুম্বী মিত্তা য়েংবদা লৈরাং থম্বাল মানবীনি, পিগুম ভাবু য়েংবদনা ভাইবংপুম্বগী থম্মোয় লকাদা অথোবা ভেম্না থাগদবগী লীরী চিংবদা খোয়রকপা লীরুংগুম্বী, ইরাংলোন মাগী শল্লাং নাকল অমা য়েংবদনা নাপ তুরেলগী চুমথ্রিং চুমা ভেনবা ঈশিংগুম অদুগা নাকল অমা য়েংবদনা কোয়া মায়কৈদা চেনবা তুরেলগী ঈমায় থনবা ঈশিংগুমনা জুম জুম লাউনা নীংথিরবী ইরাংলোন মাগী শমজিনা মমাংদগী ভাউথিংমাং নিংথোগী ময়াম্বা য়োইমোংবনা

দুনিং হুক্কুমবী অদোন লানচেনবম লয়হনপাৎতা হপনৌ খাঙহুপ হায়না চাকথোকপা পোংচু মচল কুরাউ তাউবী শানওন চেক থৌ-পাল উখোঙ মৈতানানা শমজি মমৈ চোনথোকনি মঙ্গুংলাংগী কেগে মীয়াম তিন্নাপুং মোইরাং অকন হয়িংচেংনা লাইথংনবা লম য়োয়বুথু কুরু লুমান পামাঙতা পামবা কৈরেনতাকও কোবদি মমু কেগে মোইরাং নিংথৌ * লাইচিংখু চিংখু তেলহৈবা মদাইরেম মোইরাং লৈপাক কোইবা পূমনা হুপ কেগে থাথা লাইথা লেংনা তিন অঙমবা সনা লীকতোম সিবা নিংথৌ মঙাই অপানবা ঙাংঙো লাকপা হাওমুয়াবা অথোবা পানবা কৈকাপপাম্বুং ওকচিল লাকপা সাংতোন মায়থু অথোবা সনা লিকতোম সিবাম্বুং নিংথৌ

ঙা ফানবা হোংনবদা থুম্বা লংগা লংনিঙগী মওংগুম্বীনি অদুগা লাঞ্জেনব লয়হনপাৎ হায়না খঙনবা লমদা হৌবা অনৌবা হপনা হানৌ ইনথংতুন হৌরকপদা পোংনুগী মচল কুরাউতাউবীনা ওনখিবা উকোং কোবী চেক্লাগী মমৈনা জুম জুম লাউবঙম শমজি মমৈনা থোইনা চোম্বী ইথাংলোন মাগী মঙুংলাংগীদমকপু কেগে মীয়াম্না তিম্নবা লম মোইরাংগী অথোবশিংনা মফিং খঙনবা লম য়োইবু য়োইহৈ অপিক অচৌ, অহল-লমন, মপা-মপু মমাঙদা থোকখিবা থৌরমতুগী মফম অতুবু পানবা কৈরেনতাক হায়না কৌনখিবদি মবুথৌ কেগে মোইরাং নিংথৌ লাইচিংখু চিংখু তেলহৈবগী মনাই অচানবা ওইবা মোইরাং লৈবাক পূমমক তাক শেল্লিবা পূমমকপু হুপ্না মোইরাংগী থাবম লাইফম পানাগী মীয়াম তিল্লগা স্নরীক লীক্তোম শিবা নিংথৌগী ঙাইশেল ওইনরিবা অঙম্বশিং ঙাংঙো লাকপা হাওমুয়াবা অথোবা পানবা কৈকাপ্লসু অদুগা ওকচিল লাকপা ওইরিবা শাংদোন মায়থু অথোবা কোবা স্নরীক লীক্তোম শিবগা নিংথৌ

লাইচিংখু চিংখু তেলহৈবা হুঙ তবা নিংথৌনি ! চিংখুবগী মরাম্দনি

লাইপক য়িমতিন্নবাবগী নুংবাল চাউবা লুয়োংসু অথোবগা থোংজেন হিরিংথোইচা অথোবা মামলৈ চিনওললাবগাসুং য়াওএ। তাংখা লাকপা কোওয়ামবা তনবা কৈরা তানচোবা মিংথৌ মন্ত্রাই অপানব চোয়নৌ সনারিক পূহাল লীকতোম থাম্বন্না কোকলেম লুফম তামব-নচিংনা উয়া পামতু চিন্নবা পূমমা হুপ তাংজোই থমবা লায়রবগা নোংবাল অথা নাহা কোওয়ামবগা পানবা তানাগে কৈরেন থিননাগে হায়বগী নিংথৌ মাঙদা থামা অথা নাহা কোওয়ামবনা চঙখিবনু পানবা মথিনাই কৈরেন মন্নাঙ হৌঙমলাবগী থোবলাং তাহন সোয়-রে। অথা নাহা কোওয়ামবাদি পানপা থাগা থা কৈরেন য়াথোঙ ফননা নোংমললে তায়দবা। তাংজোই থমবা লায়রবা অকন হরিং

লাইবক য়ুমাংনা লৈরবা লুয়াং শলাইগী নুংবাল চাউবা কোবা অথোবগা থোংজেন হরিংথোইচাকোবা লান্দা থৌবা অহল মতম ওইরক্লবা পূন্নমবসু য়াওনা তিল্লে। অদুগা তাংখারাকপা কোওয়া। কৌবা মপাখোম কৈরু কৈফগন চাউবা নিংথৌগী মন্ত্রাই ওইবদা খোইদোক্লকদি ফুদোওহনা শাবা য়রীক অমদি মমল য়ামলবা পুহাল লীতোম শিনতা নন্তুনা মকোকী কোকয়েৎনচিংবদা উয়া কোবা উচেক্কী মতু থেৎত্নুনা য়েংবদা নীংথিহল্লবা পূম্নমক্কা তিল্লবা মোইরাং মীয়ামগী মমাঙদা তাংজোই লমদা লৈবা থম্বা কোবা লায়রবগা নোংবাল অথা কোওয়ামবগা অনিবু কৈ ফাহনবগীদমক থাজিনখিবদা পানবা কৈরেল ফাগে হাৎকে হায়না নিংথৌগী মাঙদা হায়-রমলগা নোংবাল অথা কোওয়ামবনা চঙখিবদা কৈজাউ অহুনা কন্থি থোকনা কৈজিং হৌহনা কৈরবদা নোংবালনা মাগী তা অহু হুনখিবদা মপা শোয়-রবে। থুদক অহুদা কৈজাউ অহুনা চোংশিল্লহুমা নোংবাল কোওয়ামবু কৈনা নমহনা কৈগা য়াথোঙ লোনখিহনা নোংবাল মথক্তাই মাঙখি। মতুংদা তাংজোই লমগী লায়রবা মচা থম্বনা

চেংনা নম্বু থংজিং লাইমরুবু পুক্নমলাবগা তনবা থোকলাং লেংদা থোংনা চঙখিরে হায়দবরা । পানবা লমকমবা কৈরেম উমবিসা অখোববু তিমেন তাথিল অমরকতা তিমেন তাথোক্ত থুমনা পানবা খুংনা মমনা থিনথুরে হায়বকী পানবা কৈরেনতাক অথা নাহা কোঙয়ামবা নোংগাফম কৌববু কেগেতা ফাথিবা মোইরাং হাউমম তানবনা লমলেন খোইরেনতাকও তৌনা কৌএ । কেগে মদাইমা নারোং নমপুং লমমাহলও কৌবদি কাদোমোংকৌমো । লুরাং নাহা য়াওসা তানবনা য়াওরো সানিঙ লোঙবদু ফারকয়ে হায়বগী মরম লমলেন মদাইমা অসিবু মানবি লয়হোমপাংকুম সমু ইথেঙথুনবু করম পুংখবনো হায়বগী লমলেন মদাইমা নারোঙ লমপুং লমমাহলও তৌনা কৌএ । কেগে য়িপুংকোম মোইরাং রাকোংপলও কৌবদি মরুধো থাংজিং লাইবু খুরুমজরগা মথংসু তিমেন তা অতুবু লেংদা থোংনা চঙশিনখ্রে । নারোংতুনা হৈরিবা পানবা কৈরেন অচৌবা অহিংবা শাবু শারাক অমুক্তদা উমদুনা হাংদুম্রবা অকনবা কৈজাউ অতুবু খন্নগী মথংসু তা অতুগী তাথিল অমুক্তদা তাথোক্ত থুম্না থিঙ্খ্রুদুনা হাংখি হায়বগী মফম অতু পানবা খোইরেন্তাক অথা নাহা কোঙয়ামবা নোঙ্গাফম হায়না কৌনববু কেগে মোইরাং লমগী অশৈ-তেংথাবশিংনা লমলেন খোইরেন্তাক হায়না কৌনখি । মোইরাংগী লমদম অমদা নারোং লমপুং লম্মহল হায়না কৌনখিবদি করিদগীনো । লুরাং নাহা য়াওশা তানবনা লমমৈ থাদুনা শা তাল্লকপদা য়াওরো শাগী মনিং অনি লোঙবা শা অমা ফারগা লাকপদা কক্তং ঈশিং থোকপনা অপেংপা লম ওইরম্লদুনা মহুদা চঙলকপদা মথোঙ পুথরে অতুবু করমসু ঐগী ইথোঙ অসিবু পুখবনো হায়বদগী মফম অতুবু নারোঙ লমপুং লম্মহল হায়না কৌনখি । অদুগা কেগে লমদমসিদা লৈবা কেগে ইপুংকোম মোইরাং রাকোংপল হায়না খঙনবা

কদৌরোংগনো। লইহাননোং কুরু সিদবনা থোইয়ম লাংবুম অরিববু ডাইবং কলি মৈনা চাকলকপাবু থামবী মৈনিন ঙাকও হায়না ঙাকহনখিয়ে। খোইয়ম্ থোংনাং লাংবুম অরিববু থামবী মৈনিন ঙাকহনববু থামবী মৈরীক মাবু চোংচিনখিরে। কুরু সনা মহকচাংদা চকমোম থামবী মৈনিন চুরাবগী থোংনাং লাংবুম অরিববু য়োংহিং হংকা চননা রারকনখিয়ে। য়োংলিং হংকা চললাবগী হয়িং পেংলোট ইন য়ারা পুচা নম্ তিকতা লাইকোই থোংলাবগী তিনবী লাইচা মিতা তাখিবনা চেকলা পোমবী উফোং তৌকাবিবু সানওলশিয়ে হায়দবরা। চৌংতু থোংনাং লাংবুম অরিবদি য়াওবী থুকম হোংদবা সরা পাফল নীকতবগী সম্ মঙকলিদা য়োংলিং হংকা চনমববু

---

লম্ব কা'রদগী কোনখিবনো হায়রবদি থাম্লনা মমাংঙৈদা খোইয়ম গুরু শিদবনা কলি কৌবা যুগ অহুদ'দি অদা অনা য়াম্না তাইবং অসিদা লাকদোরি অহুনা মহু পুবা ঙাক্লনবা পাথংবা, ডাউরোইনাই অমসুং সনামহি কৌবা লাই ও বু লাংবুম ওইনা শেমলগা ঙাকহনখি। মহুদা থোংনাং মায়কৈ ঙাকপা লাংবুম অরিবা লাইনা থাম্বী মৈনিন অহুবু ঙাকহনবদা মৈরীক অমদি চোংশিনখ্রে। গুরুগী সনা হকচাংদা মৈরীক অহুগী মৈশানা বায়খি, বায়খ্রবহুদা থোংনাং লাংবুম অরিবা লাইবু য়োংহিং চন্দুনা থারকখি। য়োংহিং ফলাং চল্লবদ্দা হয়িং খোইচাক ইন্দুনা নমথিবা মনম শুঙ্গাগা লোয়্ননা নমথি হুংডাই থোক্লনা লাইজোদনা মচুম তাবদগী তীল চংথিবনা তীল অদমা ইশিংদা তাগ্লগা চেকলা পোম্বী উফোং কৌবী তৌ মরক্তা লৈবী ওইনা শাইওনখি। অদগা লৈবাক্তা তাখিবা তীনবী অমমা ঙারিল কৌবা মমেক মহাও লৈবা লিন মানবা অদগা তীলবী থরা অমনা তিলহল কাকৈ ওইদনা শাইওনখি। অসুম্না য়োংলিং ফলাং চল্লবা থোংনাং লাংবুম অরিবা য়াওবী থুকম হোংদবা শরা পাফল নীকতবগী মঙকলিদা য়োংলিং ফলাং

লাইচা য়্বিপুং কোমকুম মপুং মপুং চাকৎলববু লাইচা রিদা কুমনা সেংথোকলে হায়বগী কেগে লাইসেংপাং মোইরাং য়্বিপুং-কোমগ তৌনা কৌএ। থোইরম লাইনামুং নায়্যুংবনা থোংনাং লাংবুম অরিববু বারক বাকোং ভমনা লাকনরমএ হায়বগী কেগে বাকোংপলগ তৌনা কৌএ। লমলেন মদাইমাবু তয়া চাঙানবী বাংলৈ য়ুরুমবীগ কৌবদি কদোনোংগীনো। লুবাং নাহা য়াওসা তানবনা য়াওয়ৌ তুংয়িন ভানলকপাতা তারা চাকনিঙথাকপু চকপা হাওয়া ঙানথোংকোকতা ঙানচারময়ে হায়বগীবু তারা চাঙান লৌগ তৌনা কৌএ। বাংলৈ য়ুনিঙথাকপুং চাইরেনয়ুবী হাওকারীদা লুমজরমএ হায়বগীবু কেগেতা ফাখিবা মোইবাং হাইমন তানবনা তয়া চাঙানলো বাংলৈ য়ুরুমবীগ তৌনা কৌয়ে। কেগে কংলৈ

থাংবগী চাথংভুনা লাইথোরবা মকম অহু ঈবিংদা কুমলগা শেংদোক-চাবথোক্লগী হায়বগী মকম অহুবু লাইশেংপাং মোইরাং ইপুংকোম হায়না কৌনখি। মতৌ অমুম্না থোইরম শিদবা ইবুংঙো মহাক্না থোংনাং লাংবুম অরিবা কৌবা লাইবু বারকতুনা লাক্লগী হায়বগী মকম অহুবু খেগে বাকোংপল হায়না কৌনার। মোইরাংগী লমদম অমদা তয়া চাঙানবী বাংলৈ য়ুরুবী হায়না কৌনখিবদি করিবগীনো? লুবাং নহা য়াওপা তানবনা থাগী মতুং ইন্না থাদাক্লকপদা লমথাংদা চানবা থাক্লকপা চাক অহু চকপশিংগী থোংনরিবা চাক চকু মথক্তা ঙানপা চারগী হায়বদগী মকম অহুবু চাঙানলো হায়না কৌনখি। অহুগা থাক্লকপা অরেম্বা য়ুমু চাইরেন য়ুগীশিংগী য়ুথোংকু মরীদা লুমথোক্লগী হায়বগী কেগে মোইরাং লমগী অশেংবশিংনা মকম অহুবু তয়া চাঙানলো বাংলৈ য়ুরুবী হায়না কৌরি। অহুগা কেগে লমগী কংলৈ

মদাইম্মাদি লয়হৌগীও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহানবোং কেগে চাউবা পূং মোইরাং সাংবায়াইবু কেগে মপা লাংতা মোইরাং মপু লাংতা কেগে চিৎনেম নেম মোইরাং চিকথম থমনা থাংগা কম-তম্বতা কবাং থেনকাদা হিয়াঙ কুমমৈতা মীকু হিহোনদা মেরা মেনদোংদরবগী কেগে পাঙতকনা মোইরাং চোইহোননানা খুয়োল হুইখোং য়েনখোংদা কৌচেং য়ামনা মীচিকতা কেগে মাবা অথুব্বা পলেম পিথিরবগী নাহানুবী খোমথি হাথিদা পাখং লয়পূং য়াকাদা মূরা থাংচেন পোংপৈদরবগী কেগে চীকনেম নেম মোইরাং চীকথম থমগে তৌগুমলবদা কেগে থমথোং নিংথৌবা চম্নু লৈমা থরা লাই-হৌবীনা হে-হা লাউনা য়াহৌথোনগী খুয়োল লয়খোঙ কায়দা

---

লবদম অবমু লয়হৌবী লম হায়না কৌনখিবাদ কবিগনো। থায়না মমা ইঙ কেগে মোইরাং লৈবাক অসিনা পাক্লা চাউনা লৈরবমু মোইরাংগী মীশিংনা মপা মপু ওইবা লাইশিংদা খুরুমনা থৌনিজদবা অঙ্গা লৈকাই তিরগনা কমিগদবা মোইরাংগী থেন করবদমু কাচনা বারী বাতাই শামদবা হিয়াঙ কুমৈ অমত্তা তৌরবা হিকুম হিকা তৌদগনা হিহোনবা অমদি মেরা থাদা মেলোংদবগী কেগে মোইরাং মীয়াম্না লাংতকরগনা মহৈ-মহৈ মচোই তামরবদা হুই, য়েন থোংলক্কবা কৌথেং ময়ামসু পাইবা লৈরক্কবা অমমুং অপিকপা অঙাংনা থোম লাম্লবসু মমাবু থি-হুমরকত্রবা অঙ্গা অঙগ পাবংশিংসু লয়পুং ফমরক্কবা নবা হুবীশিংনসু তিমরক্কবদগী কেগে মোইরাং লৈবাক আসনা উন বাইবুক চীক্লা মী লৈতবগুম তৌরক্লবদা কেগে মোইরাং লৈরাকী থমথোং নিংথৌবা চম্নু লৈমা থরা লাইহৌবী কৌবীনা হে-হে হায়না লাউনা থোংনা লাউবদগী খুয়োলগী লবদম কায়রথদবমু কায়হৌদা।

মোইরাং চিকনেম নেমদরবগী কেগে মংাঙ হৌ মোইরাং মনিল নাই মোইরাং তানা তাবা পাখং লয়পুং য়াকাথোই হুরা খাংচেন মনিন নাইগৌরে হায়রবগী খমথোং নিংথৌবা চমু লৈমা থরা লাইহৌবীনা হে হা লাইহৌফমও তৌনা কোএ। কেগে খুয়োন হয়তৌ চনুনা খানলৈ লোকুমলম লৈমা থোইনুবী মরমথৈ লোকলৌ ফুংপৌ লমমুংসি মোইরাং ফুপাই লমনামুং খুয়োন ঙাংঙা সাকংপান পানথোক পোকপি য়িহারাইনে। খোইয়ম তেপি তেসবা য়েনবা খুরৌরা কোবদি কদৌনোংগীনো। লহাননোং লমাই য়াইহৈবগা খাবী য়াইতমবীগা অনিমানা তেনা নৌনরমএ হায়বগী খুয়োন তেপি তেসাবা য়েনবা পাত্তম খুরৌবা-ও তৌনা কোএ। লমলেন মদাইরা বাংখা লমমুংসিও কোবদি কদৌ-নোংগীনো। লুরাং নাহা য়াংসো তানবনা য়াওবৌ সাপানলোক

---

মোইরাং মৌয়াম ঈংনা চৌরা মৌনিন তারমদবু তারকপদগী কেগে মৌয়াম মরাং হৌনা মোইরাং পাখংশিংমু লয়পুং য়াকা তৌনা মুগী অঙাং পুরমক মনিন নাইথি হায়বদগী মকম অদুবু খমথোং নিংথৌবা চমু লৈমা থরা লাইহৌবীনা হে হা লাইহৌফম হায়না কৌনখি। কেগে লমগী খুয়োন নিংঙোল হয়তৌ চনুনা লৌকুমকখিবা লমলৈমা থোইনুবী মরমদমবু লৌবলৌ ফুমবৌ লমমুংশি মোইরাং ফুপাই লমনামুং খুয়োন ঙাংঙা শাকংপান পানথোক পোকপী য়িহারাং হায়না খঙনখি। লমদম অসিবু খোইয়ম তেপি তেসবা য়েনবা খুরৌবা হায়না কৌনখিবদি কয়িগীদনো। থায়না মমাংতৈদা লংবাই য়াইহৈবগা খাবী য়াইতমবগা অনিমক ঈংনা তপা য়েনবা খুরৌ থাংলগা নৌথনরম্মে হায়বগীবমক

চকথোম মণ্ডম থাম্না তাললকপাদা অরা হুকনা চোক য়েনরী হুয়াই লোম্নাবগী অরা। পোংথারমববু পাখেল বাংমুনম ভলা বাংনেম মনা অপাকপাবু থানা ফমলমএ হায়রবগী বাংথা লমমুংসিও তৌনা কৌএ। কেগে থুয়োল থাংলো লমমাহল্ও কৌবদি লুবাং নাহা য়াওসা তানবনা চকমোম ওমথাই লো য়াওরো সাপান-লোকলাবদা। নিংথৌ মুংয়াং চাউবা য়ুপান য়োইখংলিবা লোইয়মচাবু অহোঙবা থংজিং অরাইচীংতোন তোংবনা তরা চাকহোঙগে বাংলৈ য়ুকৌগে সারেন সাহোঙগে হায়না অহোঙ পুংথোনঙমবদা পাথৌ লুবাং নাহা য়াওসা তানবাও নঙবু লাউও। নিংথৌ মুংয়াং চাউবা ঐগী অহোঙ পুংথোনবা তরা চাহোঙবা অসিদা সারেন ফাহাপনানা বাংলৈ চাগী লয়খৈগী হাওদে অয়াকপাবু

---

মকম অহুবু থুয়োন তেলী-তেসরা য়েনবা পাদম থুরোরা হায়না কৌরদি। কেগে লমগী মকম অমদা বাংথা লমমুংশি হায়না কৌবাঁবনা করি দগীনো। লুবাং নাহা য়াওশা তানবনা লৈমে থাহ্না মৈরাম কাংনা শাবাম্নকপবা বাবদগী মশা চোকথরত্নুনা। চনিঙ চমাঙ শয়ত্রবদগী ওাই-হাঙং পোথারথবু উপাল বাং পাম্বীগী মমা অপাকপা ফা হেক্রুগা থাত্নুনা কল্পগী হায়বদগী মকম অহুবু বাংথা লমমুংশি হায়না কৌনবি। মোইরাংগী লৈমদম অসিদা থুয়োল লমগী থাংলো লম্বহল হায়না কৌনখিবদি লুবাং নাহা য়াওসা তানবনা লৈমৈগী মৈরম লৌরগা শাবান-বদা তিমেন মথুংগ্না নিঙখিবা শাদা পারবদা নিংথৌ মুংয়াং চাউবা অরাই চীংদোল তোংবদা চাকহোং ওাহোংনা য়ু মরাঙ কায়না পিম্ব-পিথক তোগে, নিঙখিবা শাম্ব পিজ-পিথক্তে হায়না অচৌবা পুং অমা

ভংখিয়ো। ভরা চামায়োনস্থ চাখিয়ো হায়না পাউকোংমএ। পাখৌ মুংয়াংচাউবা লোইয়মচাবু অহোংবাও। ভরা নচাক চাবস্থ হাউএ। স'রেন সাস্থং হাউএ। বাংলৈ নম্ থকপাস্থ হাউথোইএ হায়না পাউমেনবু পাখৌ লুবাং নাহা য়াওসা তানবও। বাংলৈ অয়াকপা হাউদৈ কোক্কায় থাখি লয়খোও চুবদি থকখিরোইএ। সমু নখুং ওইনা বাংলৈ য়ুমেংপাদি কখিনো হায়না পাউমেনবু হোয়না তাউচিং অতোইবনে হায়না পাউথুম-লাবদা লুবাং নাহা য়াওসা তানবদি বাংলৈ অয়াকপা হাউদৈ কোকা য়ুনা য়ুবা তোংমওমনরবগী থাওলেন নাইরেপপাস্থ মালেম লয়দা তারোএ। খোকলাং মনুংচওস্থ লাংলেন কোওয়াও বাপান-মাতা কারোএ। থিংলৌ অমরক খিওনা ভেনা থাওলেন মথুংস্থবু

থোরবদা মুংয়াং চাউবনা হে মরূপ লুবাং নাহা য়াওশা তানবও। লাউও। লিংথৌ মুংয়াং চাউবা ঐগী পিব-পিথক তৌরিবা পুং থোরিবা মকম অসিদা চান্থরুবা থোরাংলিবা নিওখিনা থোংলবা শা অসিস্থ চাখো লাউ বাংলৈ অথুবা হাওদৈ অয়াকপগী মহাওস্থ ভংলখো। অংগা ভরা চাক অথোংবগী ময়ায়গী নিওখিবা চাকস্থ চাখিরখো হায়দুনা কোরম্মী। য়াওশা তানবনা হে মরূপ মুংয়াং চাউবা লোইয়মচাবু অহোংবা। মওগী ভরা চাক চাবসিদি হাউরে অহুগা শারেল অথোংবা শাগী য়েংথাংস্থ হাউই অমস্থং নহাকী বাংলৈ য়ুসিস্থ থকপদা ওয়োক্রা হাউখে হায়ন হায়রক্লবদা মুংয়াং চাউবনা হে মরূপ লুবাং নাহা য়াউশা তানবা কৌবও! ঐগী য়ু অয়াকপা লয়মু,হেক থকপদা কোক্তা কারবা মুখি থক্লিরোই। নখুং ওইনাবাংলৈ য়ুযুমেংলিবগুদি করিনো হায়না হায়রবদা মসিদি হয়রাং মচা মচাশিংনিদা হায়না খুরকপগা লোয়নদা

লৌখিরে হায়রগী থাংবাই লমমাহলগ ভৌনা কৌএ। তিমেন মখুৎস্নুবু ভারমএ হায়বগীবু খোকলাং তাঙাপুংও কৌএ। খাংলৈ মুংসুং খোইএ হায়বগীবু খোইচম ও কৌববু কেগেতা কাখিণা মৈইরাং তাইমন তানবনা থাঙমৈকোনও থোনলৈএ। লুষাং নাহা য়াওসা তানবনা য়াওযৌ তুংইন তাল য়াংতৌ সারম লীরকপদা লাংকোই মাখূৎনেৎতাগী মালেম লয়দা তারে। সমু মাখূৎ তেকলে হায়বগী খূতেক-ও থোনলৈএ। খূৎতেক থোনমারকতি লহানলোংকী চীংঙু নোংথৌ সরারেন অরাং পাখং য়োইরেনবগী মযোমলোন খোইমোম লাইরুরা ৭ মাতাকী

---

য়ুগী ময়াই কারকখিবহুনা লুবাং য়াউণা তানবদি মকোক ঙাওখিবদগী মাগী তুংদা য়েপ্লকপা থাঙলেন অহুবু লৈবাক্তা তাহুনা লৈহোরে। অহুগা মখুৎসু তিমেন তাহুসু য়ুংহুনা থয়ষবু বাগী মরা তাহুনা বাপাল ওইনা হোথরে। অমুক হনক্তুনা মখুৎসু থাঙলেন অহুবু লৌরে হায়বদগী মকমহুবু থাংবাই লম্মহল হায়না কৌনখি। অতুগা তিমেন মখুৎসু অহুবু ওাহুনা থম্লগী হায়বগী মকমহুবুনা খোক্লাং তাঙাপুং হায়না থোনখি। মকম অহুদা থকখিবা য়ুসু অতৈদগী হেন্না খোইএ হায়বগী মকমহুবু খোইচম হায়না কৌনববু কেগে মৈইরাংগী অশৈবশিংনা থাঙমৈকোন হায়না মিংথোরখি। অহুগা লুবাং নাহা য়াওণা তানবনা য়াওরৌ শাদারকপগী শাগী শারম য়েংহুনা খোঙ্গুল লীরকপদা লাঙ্কোই শগোল-থকপগী লৈবাক্তা তাখি। মহুদা মখুৎ তেক্লে হায়বদগী মকমহুবু খূৎতেক হায়না কৌনখি। অহুগা খূতেক হায়না থোরবা মরম অমদি থায়না মখাংতৈদা চীংঙু নোংথৌ সরারেল অবাং পাখং য়োইরেনবগী মচায়ুপী লাইরেম্মা ৭ মতী মনুংদগী খাইদগী অতোপী অহুবু কেগে মুংরাংচাউবা

মসানৌ লৈরাং অভোনবীবু কেগে মুংয়াং চাউবা য়ুবা বাইথংলিবনা কোরৌ সেনচঙনা বাংবন্ধ পাইচংনানা থামলোয়বগী মসাবী খোইমোম লাইরুরা ৬ মানা ইসানৌ লৈরাং অভোনবীবু লাক্- ত্তরে হায়না সমু মথুৎ মসা থেকনা ঙাইরমএ। অদু নোংগীবু খুথেকপী লমনুংসি-ও তৌমা কৌএ। কেগে ঙাইতে লৌকোনমুং থম্বাল মোংসারৌ চেগাই লয়য়াথৌ নুংনন খুৎপীপোক সনা পুন- থোংবা লয়মযায়-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহানলোং অরাং কোরৌ নোংমদোনগী চীংঙ নোংথৌ সরারেন অরাং পাখং য়োইরেনবগী মমোমলোন নোংদোল লাইরুরা ৭ মানা লাইচা পাসানা য়িমু খোঙকাউনা য়িঙৌ সাবাইনা থৌহ নুংননথোইনা য়িরু সানভেংলিঙৈতা নিংথৌ মুংয়াংচাউবা লোইয়মচাবু অহোঙবা নিংথৌ ৩ লক সানওন হৈবনা অরোঙনিংথৌ মচা সিগ্নাকোমোচি ফুংকম তেলহৈবা সানা খোইমোম লাইরুরা ৭ মাকী চৈরৈ মফানিক

কোবা য়ু ঙাওরিবদুনা সরারেনগা মকু মম্বাক ওইমনবা থামহৌয়বদা লাইরেবী মচে ৬ অদুনা ইনাই অভোবীদি লাক্করে করাংয়। হায়দুনা মথুৎ-মশা থেক্না ঙাইঙমদনা ঙাইখি। মরম অদুদগী মফম অদুবু খুৎথেকপী লমনুং:শী হায়না কৌনখি। অদুগা মোইরাংগী লমদা ঙাইতে লৌকোনমুং থম্বাল নোংবারেৌ চেগাই লয়মাথৌ মুংনন খুংপীপোক সমা পুংথোনবা লয়মরাই হায়বা মফম অদুবু করিদগী কৌনখিবনো হায়রবদিথায়না মমাংঙৈদা অরাংবা কোরৌ নোংদোয়কী লাই নিংথৌ সরারেলঅরাং পাখং য়োইরেনবগী মচাইবেমা লাই মুরা ৭ না লাইজ। ঈশিংদা ঈরু- অদুনা ঈরোইবগী মখোঙ কাওদুনা শারৈঙ অমদিম খোঙগীখুনিঙবু মুংনা ভক্কুনা ঈরু মায়থঙ্গরিঙৈদা নিংথৌ মুংয়াংচাউবা লোইয়মচাবু

মানলৌ মনমথাং চৈরৈ সাসবা খোইরম লাইসাবা পূমনামাবু ঙমনা খোমলুরাবগী খোইমোম লাইরুরা ৭ মাদি থমপাল লাইচা য়িনৌকাগুম থমপৌ লেরায়োনগুম লম্বরায় চাংচৌ কানা তাঙচা মরু লুক য়িকাই মতৌ কমবু লৈতনা ফুংকল তেলহৈবা সিয়াকো-মোচিগী সমু মাঙদা কমনা চেকাই মালেম লম্বু ইনা চৈরৈ ফিনিরৈএ। নিংথৌ মুংয়াংচাউবা ফুংকল তেলহৈবা সিয়াকোমোচি কৌবদি খোইমোম লাইরুরা অতোনবীবু সমু ওইরম থানা চৈরৈ ফি পীনখিরে। কোরৌ সেনচঙনা বাংবল পাইচঙনরাবগী বাংলেন মপুংচা য়াইওইবাসুঙ তরেৎ মসেনচা খোয়তোঙবাসুঙ মাসন মানবী চীংলোই তমলোইবগা মদাইরেম হাওমু লায়াংথু সাফবীগা

---

অহোঙ নিংথৌ ৩ লক ওয়া ওয়া ওইবনা অরোং নিংথৌগী মচা সিয়াকোমোচি ফুংকন তেলহৈবা খাম্বনা লাক্লগা লাইরেম্বী ৭ মকো মফি ফনেক ফিরোল ইন্নফিনচিংবা সাসবা-ঙাশবা ময়েক থোকপা অমদি খোইরম লাইগী মশক থোক্লা শাবা ফি পুন্নমক অত্থু খোমংনা লৌরুবদগী লাইরেম্বী ৭ অদুদি ঊশিং মথক্তা থম্বাল কৌবী লৈনা মভুম মভুম তাউবগুম থবোগী ঙৌরবা কুচুঙবীশিং অদুনা ঊশংগী লম্বরায় মপাল তানা কায়রক্লগা মরু লুকথনা ঈকাইবগী হায়নিংঙাই লৈতবগা লোয়নবা ফুংকন তেলহৈবা সিয়াকোমোচিগী মাঙদা চঙশিনরক্লগা চে-গাইনা লৈবাক্তা লৈরি চিংল-চিংলথুনা মখোয়গী ফিশিংথু পিবিয়ু হায়জরে। নীংথৌ মুংয়াংচাউবা ফুংকন তেলহৈবা সীয়াকোমোচী কৌবনা লাইরেম্মা অতোনবীব ওইরমদা থমলগা ফীরোলশিং অত্থু পীনখি। মতৌ অমুয়া মুংয়াং চাউহনা লাইনীংথৌ সরারেনগা মখু হমাক ওইনবদগী বাংলেন পুংঙাউ য়াইওইবথু তরেৎ কোয়া শাবা শেনবুং মখোয়

মোলাং য়াইপুবগা য়াওনা লোইরবগী নিংথৌ কনাগী পাম্বোম মাখা থাদনা পাললে হায়দবরা।

কোরৌ অখোং নিংথৌবা চন্থু রাংবল অরাই লৈমনা সনা পুলাং লুরোই খোংনা লাইচা পাসানানা সানতেংলময়ে হায়বগী চোয়নৌ সনা পুনথোংপাল লয়ময়ায় রাংবল অরাইলৈমরোক কেগে ঙাইতে লৌকোনমুং থমথাল নোংসারৌ চেকাই লয়য়িতাউ নুংনন খুংপীপোকও তৌনা কৌএ। কেগে লমলেন মদাইমা লোইরেন খুনবীলোক খুনবী অচনবা থুং থুং নানৌচীং মানতক থয়াইরোন তকূপ খানিং লোনবা চীং চাখা য়াপিলোকপু নাতে-নানা কেগে সীংচা ক্লাকতা মোইরাং লাইথা চারেরৌও কৌবদি

---

তোওবসু চীংলোই তমলোই ওইরবা মশলসু অহুগা মনাই লোয়নবী ওইনবা হাওসু লাশংসু শাকবীগা মোন্দুম মোয়াং য়াই পুবগা য়াওনা মরাঙ কায়না নিংথৌ কনা অমগী মখা থাদনা ( পোম্দনা ) সুংঙাইনা পান-খিবগী রাকমসু লৈ

মরম অহুনা কোরৌ অখোং নিংথৌবা চন্থু রাংবল অরাই লৈমনা পনাগী পুনঙাউবু মকোক থোংনা ঈশিং শোক্লবা লাকপদা লাইজ ঈবিংথক্তা ঈরুত্থুনা শাম্নরমী হায়বগী মফম অসিবু চোয়নৌ সনা পুনথোংপাল লয়ময়াই রাংবল অরাইলৈমা লোক কেগে ঙাইতে লৌকোনমুং থম্বাল নোংশারৌ চেগাই লৈয়িতাউ নুংনম খুংপীপোক হায়না মিংগৌনখি। কেগে মোইরাং লমদা লৈবা লোইরেন খুনবীলোক খুনবী অচনবা খুং খুং নানৌ চীং মান্তক থয়াইলোন তকূপ খানিং লোনবা চীং চাখা য়াবীরোক কৌবা লম্বু লাম্বোক্লগা লৈবা লম্বু কেগে শীংজা ক্লাক্তা মোইরাং লাইথা চারেলৌ

কদৌনোংশীনো। লহানবোং হয়িঙৈদা পোনবি উচেক অমুববু হেমবা কুরাকও কৌএ। হাওনু কোনতে লৌঙাকপী খাং য়েং হোইতানবী সরা চেকবা লাউবীনা কোঙয়াং চেক য়েংকাই কাইবী লৌসঙথকতা পোনবী চেকবা লাউঙৈদা পানবা অথোবনা কৈরেন ময়া ফাকনা চোংথৎলকলাবগী হাওনু কোনতে মুঙাবীনা থানলৈ লৌসঙথককী থামবী মৈভাল অয়াবনা পানবা ময়াম্নুংদা হুনচিনলবগী মঙৌ ময়া পোপলে। পানবা মরৈ থারে। লাইথা চাবৈ লৌও কৌএ। পোনবী কুরাক অমুবম্বু করম মুতুম মুনা লৈঙমবনো হায়বগী পোনবী সীংচা কাকতা লৈথা চাবৈ-রোঙ ভৌনা কৌএ॥ লমলেন মদাইমাদি মায়চমবা লোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহানবোং নোংবাল মচল থিংনাউ

হায়না কৌনখিবদি করিদগীনো। থায়না মমাংঙৈদা উচেক অমুবমু হেমবা কাক হায়না কৌই। হাওনু কোন্দে লৌঙাকপী খুং য়োংবু হোই লাউনা তানবী শবা চেকা লাউবীনা রানা শাবা উচেক তানবদা। লৈমবা লৌশঙথক্তা উচেক তান্নুনা লৈরিঙৈদা কৈজাউ অমা ময়া কাক্নুনা চোংথৎলকপদা হাওনু কোন্দে মুরাবীনা লৌগী লোশঙপক্তা লৈবা মৈভাল অয়াবনা পানবা কৈরেন অচুগী কাথোক্লবা ময়াচুগী মনুংদা হুজিনখিবনা কৈজাউ মঙৌ ময়া পোকলে। পানবা কৈজাউচুগী মরৈ থারে (লেঙ-ওৎপা ঙমত্রে)। অচুদগী মফম অচুবু লাইথা চারৈলো হায়না কৌনখি। অচুদগী পোনবী কাক অমুবশিংমা করমবু ইমু মুনা মফম অচুদা লৈরবনো হায়বদগী মফমচুবু পোনবী শীংবা কাক্তা লৈথা চারৈলো হায়না কৌবখি। মোইরাংগী লমদম অমদনা মায়চম্বালোক হায়না কৌনখিবদি করিদগীনো। থায়না মমাংঙৈদা

তাউবীনা মাথিং লাইরেল পাখংববু লুকলেন মায়চম লানা য়ুকৌএ। হায়বগীবু মাথিং লাইরেল পাখংবা থিংবা পাকললোক লুকলেন মায়চম লোকও তৌনা কৌএ। লমলেন লোকলৌ পনমরুও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নমু খোইয়ম লাইয়িংথৌ তুবি য়েকশাবা লাইরেল ফৈথিংবনা লাইচা য়িসিংনা তরাউ তরাউ চেনশমববু মাথিং লাইরেল পাখংবনা লাইচা কৈনা থিংনা তরাউ তরাউ ঙাকলময়ে হায়বগীবু লাইচা ইকৈ-লোক লোকলৌ পনমরুও তৌনা কৌএ॥ লমলেন মদাই-মাদি কেগে তোরপুও মোইরাং তোরোফাইও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহান হয়িঙৈদা হাউমু তাইতন মরৈমাবী

---

নোংবালগী মচল থিংনাউ তাউবীনা (পাহোইবীনা) মবুং মথিং লাইরেন পাখংবু তরা চাকলুক নিঙথিবা শেমদুনা চাককৌজখি হায়বদগী মকমগুবু মথিং লাইরেল পাখংবা থিংবা পাকললোক লুকলেন মায়চম-লোক হায়না কৌনখি।

অদুগা মকম অমদনা লোকলৌ পনমরু হায়না কৌনখিবদি করিদগীনো। নবুথো খোইয়ম লাইয়িংথৌ ওইবা মহাক্তগী য়েক শলাই খোকথিবা লাইরেন ফৈথিংবনা ঈশিংনা ইরাউবোম খোক্তা চেনববু মথিং লাইরেল পাখংবনা লাইজা ঈশিং অদুবু কৈনা থিংবদা লাউ খোংবা মখোলগা লোয়ননা ঙাক্লগী হায়বদগী মকমগুবু লাইজা ইকৈ লোক লোকলৌ পনমরু হায়না কৌনখি। অদুগা লমদম অমদনা কেগে তোবুং মোইরাং তোরোফাই হায়না কৌনখিবদি করিদগীনো। থায়না মমাংঙৈদা হাউমু তাইতল লয়মাবী (খুলাকপী) ওইবীনা লিক্তেল

লিককোল চাতরা সিবীগা মোইরিক নাসিনবী তানচেপ থাং-রাইনবী মপারী নমদা পোবীগা অনিমাবু কাইনা কারে হায়ব-গীবু কেগেনা মীকোনা মোইরাংনা তেংথানবদি অঙাংবু তোরোও কৌএ। অঙাং তোরো অমা কারে হায়বগী কেগে তোরপুঙ মোইরাং তোরোকাইও তৌনা কৌএ॥ কেগে হাউকু লৈমা মরিমফম মোইরাং লোইনাই তাবীনা লংমুঙ থোঙদা তিংনা থারম লোইচললম হাউমুবনা লোই হাইবা লম হাউতোনবনা লোইকেনলম খুকাবা লাইহাংলম মায়তোঙবনা লাইচিংলম খুগা অরেঙকাইবী লেংকাইবী লেংনা ইনামুং মক্রাবা উয়োক-কোন খুগা চংবী লৈতানপোক কেগে মোইরাং মুংবীরাচা অথৌবা চামলৌ লারিংকোন লাইরা লৈমা লাইসন থামবী

---

মপীং চা তরা অমা পরেং ওইবা শিবীগা মোইবুংনা শেম্বা নাম্ নায়ান শিরী মম্বাংবা তুঙোল থাংলগা অপিকপা মচানিপাবু মনঙ্গা পোবীগা অনিমকপু পুন্না কারে হায়বগী মকম অদুবু কেগেগী মীনা হায়নবদা অঙাংবু তোরো হায়না কৌনৈ। অসিগুম্বা অঙাং তোরো অমা কারে হায়বদগী মফমদুবু কেগে তোরপুং মোইরাং তোরোফাই হায়না কৌনখি। কেগে লমগী হাউকু লৈমগী মুমফমদা মোইরাংগী লোইনাইতাবীবা মথোঙবা লংগুং তিংলগা লোইচনবা লমদা হাউমুবনা লোইহাবংলম অদুগা হাউতোনবনা লোইকেনবলম খুকাবা লাইহাংলম মায়তোঙবনা লাইচিংলম খুগা অরেংকাইবী লেংকাইবী লেংনা য়িনামুং মক্রাবা উয়োক কোন খুগা চংবী লৈতানপোক কেগে মোইরাং মুংবীরাচা অথৌবানা চংবী লকু লিংলবা মকম লাইরা ঠৈমা লাইসন থানবী মলহোললম

মলহোল-লম নিংথৌ য়েনলাংবনা মরচল্লমনে॥ মোইরাং সনচা পুংকৈরম হাউতক সনপনয়া-ও কৌবদি কদৌনোংগি নো। কেগে মোইরাংনিংথৌ হাওতক লায়বগী কাওরেন মসনচাবু য়ানবী কোনলিংলমএ। কাওবেল স-কোল লিংলমএ। হায়বগীবু হাওতক সনপনয়া-ও ভৌনা কৌএ। হুয়েল লাংগিগীদি মোইরাং কামুতাকতা খৌসাবা হেনু থোরোনচা য়ামবী সোয়সেনববু কায়না হুনবালমনে॥ কেগে সোয়বা উঙামলেন কৌবদি কদো-নোংগীনো। মোইরাং নাইফা উঙাম থাবগা মরুমবী অখোং অয়াংকাবীগা তরা চয়োমতম রাংলৈ খোমকা হাননা ঙাইথমববু ভুরেল লাইচা য়িনুংহক য়িমু খমতৌচোং য়িঙৌ থাবং থোকপা-লমদা মোইরাং লায়বা উঙাম থাবদি লাইচা চকপা অংকোয়া

---

নিংথৌ য়েন্নাংবনা মনচল্লমনে। মোইরাংগী লম অমদনা মোইরাং সনচা পুংকৈরম হাওতক সনপলয়া হায়না কৌনখিবদি করিদগীনো। কেগে মোইরাং নিংথৌ হাওতক লায়বগী কাওরেন মশন ময়াম লৈরম্মী। শন-শিংহুনা লৈনবা শনগোলসু শারম্মী হায়বদগী মফমতু হাওতক শনপলয়া হায়মা কৌনখি। মফমসিদা শোক্লখিবা লানফমদনা নোইরাংগী কামুতাক্তা মথৌনা উংখিবা হেন্নু থরোনচা কৌবা য়াম্বী খোং অমদা সোয় নাপ্লুনা লৈববু কাখিবা লমনি। অদুগা কেগে সোয়বা উঙামলেন হায়না কৌন-খিবদি ক'রগীনো? মোইরংগী নাইফা উঙাম থাবগা মতালোয় অখোং অয়াংকবীগা অনিন তরা চয়োম শেমদুনা বাংলৈ য়ুস্থু উতোংদা হান্দুনা থোরাংলি ঠৈদা ভুরেলগী ঈশিংনা অঙকপা ফংনা ইশিং চাউরক্লুনা ঈশিংনা মরৈ-মরৈ তানা চেম্বরকপদা মোইরাংগী লায়বা উঙাম থাবদি ঈশিং

য়িংথি য়িয়াচাউদি খাগ-থা থোংনাং ময়াং কাই য়ি উতি সথখোঙয়ি কা পানসংয়িতি য়ায়দাচন পোইরৈ মৈতৈয়ি চৌংপল চারা য়ি তুরেল লোকচা মংচায়ি সারোল মংলোন য়িনা থককা থোননা চেনবনিংনা য়িমু মঙাউ হৌ য়িঙৌ মথিনাইনা লাইচা খয়তৌ চোংবনা উঙাম কৈনা লউখরে। মরুম সেনতা অখোম অয়াংফাবীনা থংলেন নঙবু উঙাম চেপনা থয় লাইচা য়াথিন পেকনা য়িঙৌ খনমূকনারকও নরুম এন্নুং লয়রায় চাংচৌ-থককী সামবা য়িরোয় তম। লামখংলনকে হায়ববু সোয়নারে। থেংবা য়িয় চাউনদি খাগ থা লাইচা মথিনাই য়িমু মরাঙ হৌবনা উঙাম চেপনা থয়না তাউথরকপদা মরুমবী অখোম অয়াংফাবীনা পাউমেনখিএ। থংলেন লায়বা উঙাম থাবা-ও!

---

ইচাউ অতুনা কয়া চাউনা চেহ্নরকপদগী উঙাম অহুদা য়ৈহুনা পৈথ-খিবহুবু থৈদোক্লনা তাউথরকপদা নতালোয় অখোং অয়াংফাবীনা হায়খি। হে থংলেন লায়বা উঙাম থাবা। নত্তালোয় এহাক লয়রা। মনাক য়োনবা ঈরোইরগা উঙাম মরী লামখংলকে হায়হুনা উঙাম মরা লংখিবদা শোয়নরে। অতুদগী মফম অতুবু কেগে শোয়বা উঙামলোক মোইরাং নাইফা নাহা উঙামলোক হায়নকৌনখি।। য়িংথি য়িয়াচাউ-দিনা খাদা চেন থোংনাং ময়াং লমদা চেনখিবা পুয়াইদগী ঈশিং উতি শমখোংলুরা। ঈশিং কা মপাম্বীনা কুপন শংনা হৌবগুম ঈশিংনা মরৈ তাবনা য়াইদা চেনবা মৈতৈলমদগী চেনবা ঈশিং চৌংজাউগী পল কয়ারক্তগী চেহ্নরকপা ঈশিং তুরেল মচা কয়ানা তিন্নবা ঈশিংনা থক্তা প্যাইথহুনা চেনবা মরয়া জঙকপা ফংনা হৌরকপা মরৈ মরৈ তারবা

নরুম ঐম্বুং লম্বরায় চাংচৌথককী সাম্বা য়িরোয়মান। লাথ-থংলককক হায়ববু সোয়নারে। অহু নোংগীবু কেগে সোম্বা উঙামলেন মোইরাং নাইফা নাহা উঙামলোকও তৌনা কৌএ। লমলেন মদাইমাদি ইগাই পুনেমচৌং মনাই তাবা য়িম্বা পন চল্লম্ সেকবা তাংতনপোক য়োইবু লেইমোম ফৌওইবী লাইচা য়িরানথেন লোকতু হিয়াঙথাংবু নাতৈননা লমলেন মদাইমাদি পুমলেন হাপচাসোয়ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। অঙৌবা নিংথৌ তোরা হাউতক লমলোইবনা মায়মুরা উমুনাউ সোথসেনববু হুম্বেন মরান ওই বাম্বা মসা ওইনা রাকয়ৈ ংকু নুংদা পুমনা হাপথিরে হায়বগীবু পুমলেন হাপসাসোয়-ও তৌনা কৌএ॥ লমলেন মদাইমাদি সারেকও কৌবদি কদৌ-নোংগীনো। কেগে মোইরাং নিংথৌ মদাইরেম মরোং কাম্মু

---

ঈচেম্বা ঈধক লোয়নরবদা উঙামহুদি কৈনা ত উথম্রে। মহুদা মতালোয় অখোম অয়াংফাবীনা ইবুংঙো নহাক উঙামহু চেপ্পা থৈরগ ঈশিংদা হোত্না চওশিন্নবা তৌরকউ. ঐহাক লম্বরাযদা ঈরোইরগা লামশিন্নকে হায়ন হোংনবদা শোয়নরে। মোইরাংনা কোনবা লমগী মফম অমদা ইথাই পুনেমচৌংদা মনাইশিংনা ঈশিং মপান্দা পন থাত্নুনা লৈনবা শেকবা তাংদনপোক হায়না খওনবা লাইথেম্মা ফৌওইবীনা লাইজা ঈশিং ল মম্বা থেল লোক্তু হিয়াংথাং হায়না খওনবা লম্বু লাম্বোক্লগা লৈবা লম্বু পুমলেন হাপচেশোয় হায়না খওনথিবদি করিদগীনো। অঙোম নিংথৌ তোরা হাউতক লমলোইবকোবনা মাইমুরা উমুনাউ কোবা ঙা ফাননবা সোয়শেন্নবা অহুবু লানগী লানফা ওইহুনা ফারগা মাগীবাকয়ৈ হি মহুংদা

থ্নিমকা পামবনা সেনবী ঙমদা ভানা কবো তমদা কুগনা সনা খনগা তম লুপা চাংগা ওননা লাংকোই স কোল স তিকলু-হৈদা য়োইময়ায় লাইরেল তাউদনবনা মতাং তেললাংগী লয়মা কৌবা য়ারেকললএ। হায়বগী সরেক-ও কৌববু কগেতা খাখিবনা সারিদ-ও থোক্নৈএ॥ লমলেন মদাইমাদি অরোঙ সংগাংবৈ নিংথৌ সামবা মহীথেন লৈমা কুমজরেমবী কুখদমথেন থোংকল তেলহৈবা মসোয়রেন অরোঙ সঙলাংমৈও কৌবদি কদৌনো গীনো। লাইরেল মৈদিংঙু পোইরৈ থুনঙাঙবগী রাকৈ মহিচা তোংচেং মৈনী লেংঙববু রাকৈ হিচকাং সানা থমললএ। হায়বগীবু লমলেন অরোঙ সঙলাংমৈ-ও তৌনা কৌএ। লংলেন মদাইমা কৈহোং লমমাহল-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো।

---

হাপ্তুনা পুখিং হায়নদগী মফম অঙুম পুমলেন হাপসাসেম হায়না কৌনখি। অদুগা শারেক হায়না কৌনখিবদি করিদগীনো। কেগে মোইরাং নিংথৌগী মবাই অচানবা মরোং কাইমু পাম্বা কৌবনা কবোগী লম তম্পাক্তা চংলগা ঔবাগী লমদা সনা লুপা খল চাং তমা শগোল ললোনবদা মুমিং তাশিল্লকপদগী মফম অত্রদা য়ারেক্তুনা লৈরম্মী। হায়বগী মফম অত্রবু সারেক হায়না মিংথোলবদা কেগে লমগী অথৈ-তেংথাবশিংনা শারিক হায়না মিংথেংনখি।। লমদম অমদনা অরোং শঙলাংমৈ নিংখৌ শাম্বা মহীথেল লৈমা কুমজরেম্বী কুমদমখেল থোংকল তেলহৈবা মশোয়রেন অরোং শঙলাংমৈ হায়না কৌনখিবদি করিদগীনো। লাইরেল মৈদিংঙু পোইরৈ থুঙ্গাঙবগী রাকৈয় খোঙনেৎ হি নিংখিবা মমৈ অনি লোঙববু হিগী থম্নবা হিজগাং শঙ শাতুনা থম্লম্মী হায়বদগী মফম অত্রবু অরোং শঙলাংমৈ হায়না কৌনখি।।

লহাননোং ঙানবা খুমন কৈ ওইবা মপারী ভাংক্রু তাংহল অনী-
মানা থাংলী য়ৌথাংলা· নুংবী সানন পূপাকলাং বাচেং খাইচা-
লাং সাংভিং কিসিলাং লিরেন ভংখাইলাংবু লাংভমববু মপল
ঙানবা খুমন কৈ ওইবনা কোরৌ নোংচারেনবু পানবা কৈবু
ওননা য়াওচারে। মপারী ভাংক্রু তাংহল অনীমানা খোয়মা
নারোনমুং অসোঙবা থাংলী য়ৌথাংলাংনা থাকনাকমদা ইনুং
কোবা চীংমুং নোংকা সোয়না ঙাইখমলমবদা মপল ঙানবা
খুমন কৈসাবদি পানবা কৈবু ওননা লিরেন তাংমা লাং বাচেং
খাইচা-লাং লফুং কমচিংলাংদা থুঙমবা উরেন পেংচোইববু
য়াওচাগে কায়মা চঙলকপবু মপারী ভাংক্রু তাংহল অনীমানা

---

অহুগা লমদম অমদনা টৈকতোং লম্নহল হায়না কৌনখিবদি করিদগীনো
থায়না মমাংডৈদা ঙানবা খুমন কৈওইবগী মচা তাংগ্রুগা তাংহনগা
অনিনা নুংআউনা ননবদা পাকথবা য়াবা বাচেংনা লাংগী লাংলি ওইরগা
অকনবা লীগী লিরেন ভংখায়না পুনবা লাং থাক্কনা থবা মকমদা
মখোয়বু পোকপা মথা ঙানবা খুমন কৈওইবনা নোংমদি কৈ ওননা
শাবু মচিঙাক ওইত্নুনা চায়। মচানিপা তাঙ্গু তাংহল অনিনা
লোয়া অপোঙবা নাপী মরকী লাং থাকফম অহুদা লুমহনা ঙাইরগা লৈবগা
মপা ঙানবা খুমন কৈওইবনা পানবা কৈরেন ওননা লিরেন ভংখায়না পুনবা
বাচেং ভংখায়না লাংলি ওইরগা হেক চিংবদা চঙলকপা শাবু হেক্কা
কাবা য়ারবা লাংদা থুবা উরক বারকত্তা কোয়চং চৎপা শাবু লাংবা
ফাহনা চারগে হায়না চঙলকপদা মচানিপা তাঙ্গ তাংহল

চেংলো সকউরবগী পনথো পানবা কৈসাবা নওবু করিগী কৈবু সাবনো হায়চিলাবগীদমক মপাল ঙানবা খুমু কৈসাবদি পানবা কৈবু ওইনা চেনখিরে। মপাগী অনৌমানা তাললকবরা হায়না পামেল উদা কানা হননা হননা য়েংলমএ হায়বগী কৈতোংলম-মাহল-ও তৌনা কৌএ॥ লবলেম মদাইমা কেগে খোরীতাক মোইরাং লোংকাখোং লুকু কুমদমসোয়-ও কৌবদি কদোনোংগীনো। নমু কেগে মোইরাং নিংথৌ থয়াঙ মিচাউবনা লেমলৈ ঙাচানগে সারেন সাচানাগে হায়বগী ইদাইরেম খোরী তোনচাউস্‌ নঙদি কেগে লোংকাংখোংদা লেমলৈ ঙাসেমও হায়খিরে। ইদাইরেম হাওরোক পানবীগ্ন রাবা পামজমবা কোঙয়াং রাপু লানবদি য়াওরো সায়াম চললে হায়বগী মোইরাং খোরী তোনচাউস্না

অনিদা মপাগী শককম অহু হেক উবদা হে ইপা ইবুংঙো পানবা কৈরেন ওইনা শাইওনবা নহাক্না করিগীদমক পানবা কৈরেন শাদুনা সাকপনো হায়দা হায়রকপদগী মখোয়বু পোকপা মপা ঙানবা খুমু টক খাবনা কৈ ওইনা অচুমক চেনখরে। মচানিপা অনিদা তামরুগত্রা হায়দুনা পামেল উদাউথক্তা কাখুগা হন্না হন্না য়েংলগী হায়বগী মকবচুবু টৈতোং লম্মহল হায়না কৌনখি। অচুগা মকম অমদনা কেগে খোরীতাক মোইরাং লোক্তাংখোং লুকু কুমরমশোয় হায়না কৌনখিবদি কারদগীনো। মখুখো কেগে মোইরাং নিংথৌ থয়াং মিচাউবনা শা ঙা খোংহনা চাকচাম্নগে হায়বগীদমক মনাই খোরী তোম্নাউশুদা ইনাই অচানবা খোরী তোম্নাউশু মহাক কেগে লোক্তাংখোংদা লেমলৈ ঙারাম কানবা শেম শাক হায়খি।

---

থয়াং মিচাউবা মোইরাংদা পানখিবা নিংথৌখিংগী ২১ শুবা নিংথৌনি।

পাথৌ খনবল-রাগী ইনুং সোরয়াইমাদা য়াওরৌ সাপল পনত্তোল য়ানকৎলবগী সারেল পনশুমখিরে।

হাওরোক পানবীস্থ রাবা পানভনবা কোঙয়াং রাপু লানবদি পাথৌ তাঙজা ইকাইরাগী হয়েং ঐবু কেগে ইনিংথৌ মোইরাং থয়াং মীচাউবনা থাঙলেন কোমসংপা লাংকোই সরী থোকনা পনম লানয়ানকম মোইরাং মীভুকমদা হাংনাখবু সোঙকিয়ে। ঐদি নোংবাল কাইরৌজামবা মহৌ লোইকাফি খারম পোনদেল লাকমা থোইবা পাথৌ সানকোংদবা ফিনা সমু ঙকতা কিনা য়াওরৌ সাপল পনত্তোলথক্তা য়াননা নোংমলনাকে হায়না মরু ময়াঙ ফুরনা নোংমললে। অহনোংগীবু লুফুসোর-ও কৌববু কেকেভা ফাখিবনা মোইরাং হাইমন তানবন: লফু কুমদমসোয় থোরীতাক নোংকাংথোং-ও তোমা কোএ॥ লমলেন মদাইমা

---

অহগা ইনাই অচানবা হাওরোক পানবীস্ত রাবা পানদবা কোঙয়াং রাপু লানবদি য়াওরৌ শায়াম ফারক্লে হায়বদগী মোইরাং থোরী তোঙ্গাউগুনা মরুপ অহবু খনুবনুবদগী অহিং অহুমজদা চৎত্রগা হাওরোক পানবীগুনা শায়াম কোয়শিল্লিবা পল অহ য়াহৎত্তুনা খা ময়াম অহু চেথোকখরে। হাওরোক পানবীস্ত রাবা পানদবা কোংয়াং রাপু লানবনা মরুপ অহুগী মমাঙদা ইকায়রহুনা হয়েংদি কেপে মোইয়াংগী ইনিংথৌ থয়াং মীচাউবনা শোয়দনা খুৎস্ত থাঙলেন শৎলগা লাজোই খামুদা পুন্দুনা পুরগা মীহাৎপুংদা পুথোক্তনা হাৎকদবত্ত ওহোক্তা কিখরেদকো। ঐদি নোংবাল কাই রৌজাবগী লোইকাফি খারম লমদা শাবা থোদোল ময়াক অমা থোইবদা মরুপ মশাং কমা খঙহনবা কি অসিবা ঙক্তা

থাঙকা চীংলেন পলংলা কাবা পুরাং নিংথৌবা মচীংলেন চীংঙু
লৈমা নোংখাইনিংথৌ চনু সনা কমলাং-চান কেগে চীংঙ্গাবম
নিংঙোনবী মোইরাং মোইবী অসৈবী থাংগা খুনতাচীং কেগে
থারা নাহা লায়রবা মচীংয়োন নোংয়াই মঙাং হাওতংচানা
মসনপুংবু নারেংতৌবগী শাকলো-চীং তিমেন তায়াইথোং সংকাই
মেনমথোং থাংকা লোঙলেনথোং লোইমোম ফৌরুকথোং য়াওরৌ
সাকং পরেংথোং মতু য়োইবা কানৌচামবা মরোয়থঙ খুন থা
য়াংকেল তোংবা খিং খিং হয়রিপূংচা কত্ররা লৌথিবা মুকাপ
অসৈবনা তেরান রাইচিং লৌবা লৌকনলাং কয়াং মপীথেল
মানসা লৈমা চাউনু চগ্র লাংহৈ থোইবী মকুমসা কেগে খুংলং

---

খিরংগা শাবলগী পনদোল মথক্তা য়ান্দুনা শিক্ষরগে হায়না লাক্লগা মক্ত
ময়াং ফূয়না শাখি। কোয়ৌ অতু সুমিত্তগী হৌনা মফমতুবু লুফূশোয়
—হায়না কৌনবু কেগেগী অশৈবাশংন। লফূ কুমদমশোয় থোরৌতাক
নোঙ্গাংথোং হায়না মিঙ্গৌনাখি। অতুগা মোইরাংগী লমদম অমবুনা
থাঙ্গ চীংগী চীংলেন নিঙথিবা মফমদা কাবা পুরাং নিংথৌবগী
চীংলেন ওইবা লমদা চীংঙু লৈমা নোংনিংথৌ চনুনা লৈবা লম,
কেগে চীংঙাবম নিংঙোল মোইরাং মোইবী অশৈবীনা থাঙ্গা
চীংসিদা খুন্দাজবা চীং, কেগে থারা নাহা লায়রবগী মচীং ওইরা
লম, নোংয়াই মঙাং হাওতংচা কৌবনা মাগী মশল লাববু নারেং থাংনা
থম্বা চীং তিমেন তায়াই অমদি শঙ্গাই খুংগু থম্বা থাঙ্গা লমদা শীথিজলরা
লোঙজাউ শেম্বা লম লোইমোম কৌবু পুরক্লগা থম্বালম য়াওরৌ শাম্থু
কংহলগা পুরেং শানা থম্বা লম, ফানৌজাম্বনা. মাগী মরুপপু থিবদ

হনজবী পোকপী মচল লৈরোং তাউবী হাওচেং লাংমৈন্নু সাকবীনা খানলৈ লৌতারবাই নোংবাল চাউখৎলু. লুমানবা কারাং লুথুম-চীং হুয়েল লানানকীদি নোংয়াই সাইপকপা খুমন সাইতাংবা হরা তোংনুম্নু কমপোং মৈরা চাউকুমববু ফানাখেমনে। কারাং কাংসগয়াঙলা কোইবারমনে। লমলেন মদাইমাদি কেগে হাউসেং পনতোলয়া-ও কৌবদি কদোনোংগীনো। কেগে খোইনাইজম সম-পোংলোই উংতাইজম পাথংলোই খুমুজম খুংলংলোই কোঙয়াং য়াসা চোমবুল লোইনা নুরা থামবী তৌচেননাবদা লাইরেল

---

খঙখিবা লম খুনথা লমদা য়াঙেল পাম্বী হৌবনা হয়রিনা মচা তানা খিং খিং লাউনা হৌবা লম, কত্রবা লৌখিবা মুকাপ অশেবনা অশে তেংথানবা লমদা লৌকমনা লাং থাকপগী কারাং মপিথেল হায়না খঙনবা লম, মানসা লৈমা চাউমু চমু লাংহৈ খোইবীনা কুমজা ঈরাংফম, কেগে খুংলং হজবী পোকপী মচল লৈরোং তাউবী হাওচেং লাংমৈমু শাকবীনা থানলৈ লৌতারবা লম, নোংবাল চাউথ়ৎলু লুমানবা কৌবনা কারাং লুথুমমু খঙবা চীংনি অতগা লান শোক্রখিবগী বাকমদি খুমন মচা শাইদাংবা হর তোংমু কৌবা কথোং মনা মৈ থাবদা মৈরী বাংনা চাউনা কাবগুম মামং লৈরবা অতুমু ফারগা থম্নখিবা থেননি অদুগা করাংগী কাঙপম-য়াঙ কৌবনা কোইজরম লম্নি। লমদম অমদনা কেগে হাউশেং পন্দোলয়া হায়না কৌনবাদ করিদগীনো। কেগে লমগী খোনাইজম শমপোংলোই উংতোইজম পাথংলোই খুমুজম খুংলংলোইনচিংবা পুরমক্লা বাগী বাণা শাজৈবু মপুল ওইনা পুম্নগা মৈ থাজনা মৈবুল থাম্নগা হুরা ওইবীশিংগা হিদা হরাও তয়াম্নিনতুনা কোয়রকপদা মৈতৈ নিংথৌ মৈদংঙু থংবীলাইরবা

মৈদিংগু থংবী লানথবনা পানবা লমকম্ ভমনা হুয়েল লালন্নু-মঙমবাগী য়ায়বা মসাওইনা ঙমনা হাংলে। য়াকৈয় হিকুন্নুংগী হিংলৌবা অরোঙ য়িমলেনবম পিবাদি লায়রা অতোন তাবনিগীনা তাঙজা মরৈতোননা লাইসেংজরমএ হায়বগীবু হাওসেং পনতোল-য়া-ও তৌনা কৌএ। লমলেন মদাইমা থেংকুক নবু ন তৈনানা খুমন য়াইথিং অয়মবা কাপনরম কেগে থোংলেন অথোবা তুনরমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেগে থোংলেন অথোবনা হুয়েল লান থিরকপাতা খুমন য়াইথিং অয়মবান্নুং থোয়মা নারকপুংদা য়াওরৌ সাথিঙমবদা য়াংলৌ লমখাঙমাদা লমওকনারাবগী খুমন য়াইথিং অয়মবদি থরাই মিরেন পাংনা অকি পূকনিং চঙলবগী

---

পানবা কৈরেম্না নারক মোংশোংদা নাথ্ পুন্না লৈবগুম লুগলম্বদগী মাখোয় অহুবু কোয়শিন্নগা লানফা ওইহুনা লোটনা হাংলে হি মনুংদা লোত্তুনঃ লৈবদগী হিংজহোবা অরোং য়ুমসেনবমগী পিবা ওইবহুদি য়ায়া তোঙ্গবা লায়রবা ওইবদগী মচিল মরৈ চিনফেং ফনা থবাই হিংননবা হায়জহুনা মপুক শেংজয়গী হায়বগী মফম অহুব হাওশেং পল্লোনয়া হায়না কৌখি। লমদম অসিদা লৈবা থেঙ্কোন কৌবা লমবু লাম্মোক্লগা লৈনা লম্বু খুমন য়াইথিং অয়ম্বা কাপ্নরম কেগে থোংলেন অথৌবা তুনরম হায়না কৌনখিবদি করিদগীনো। কেগে মোইরাংগী থোংলেন কৌবা অথৌবনা লাল্দা মায়োক্নবা য়াবা থিরকপদা খুমন য়াইথিং অয়ম্বা কৌবসু মোংশোং মরক্তা যায়ৌ শাদাম্না শাথিরকপদা লম্খাঙদা থোংলেনগা ওক্নরবদা খুমন য়াইথিং অয়ম্বনা কিমনখুহুনা মকোক্তা মিহুল কাখিবদগী তুংলোমদা

সম্বু নিঙচিং নিঙচিংনানা খোয়মা নারোমনুংদা চঙখিববু কেগে খোংলেন অথৌবনা ভাঙচা খোঙথুল লীনা চঙখিরবদা থুমন য়াইথিং অয়মবনা খোয়মা নারোমনুংদা পানবা লমফম তমনা লৌরী থমোইতিং লকা তেনমৈ চপ লৌচিং নাকোং ফংনা তেন-খাঙমলাবগী কেগে থোংলেন অথৌববু লাবা থম্নুং থীনমা লুতুরে হায়বগীবু থুমন য়াইথিং অয়মবা কাপনরম কেগে থোংলেন অথৌবা ভুনরমও তৌনা কৌএ॥ লমলেন মদাইমা হাওয়েন য়াংগোইপুং য়াংবা কায়বা খাঙয়ানলম লীকলাং ভারোং পরেংকেন হাওরম নীংগোয় য়াইমবানা সম্বু খোঙবু থীননা মীপকরাই-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নোংয়াই হাওরম মচি অহনববু মসানৌ হাওরমতোন লৌথিবনা খাঙলেন মথুংস্নূনা লীকলাং মনুংচঙ থপা

---

থজিক থজিক নিঙচংনন্থুনা মোংশোং মরক্কা চঙখিববু কেগে মোই-রাংগী থোংলেন কৌবা লান্দা থৌবনা খোঙ্গুল লীনা-লীনা চঙখ্রবদা থুমন য়াইথিং অয়বনা নাপী মোংশোং মরক্কা পানবা কৈনা শাথুপ্তুনা লৈবঙম্বা লৈরগা তেনগী লৌরী অতু ঙথমথৈ তেনমৈ কমা চপ্লগা তিংথক্তুনা নাকোং ফংনা চিংলগা কাপথিন্দা তেনগী তেপ্লেনা পানখিবদগী থোংলেন কৌবা লান্দা থৌববু থম্মোয় থন্নুং য়োনা লেংখিবদগী থোংলেনদি হাইথ-ত্নবা ভুথেত্র হায়বদগী মফম অত্নবু থুমন য়াইথিং অয়বা কাপ্নরম কেগে থোংলেন অথৌবা ভুনরম হায়না কৌনখি॥ অতুগা লমদম অমবুবা হাওয়েন য়াঙ্গোইপুং য়াংবা কায়বা খাঙয়ানলম লীক্লাং তরোং পরেংকেন হাওরম নিঙ্গোয় য়াইমবনা শম্বু মখোঙবু থীম্না মীকপরাই হায়না কৌন-খিবদি কয়িবগীনো। থুমন মচা নোংয়াই হাওরমহন কৌবা ময়াম্বা

ঙংকোই লীকক। পানা য়ানথুঙমলাবগী লীকলাং চোইনা কেননা লুতুরে হায়বগী দমকপু মসাবী হাওরম নীংগোই য়াইখবনা সানৌ হাওরমতোন অদোন লৌথিবা নওদি নসাবী নোংয়াই হাওরম অহনববু করিগী থাওলেন নথুংস্নুনা ঙাইখিদা। ভিমেন মনুংচঙনা ঙাইখঙদনা নসাবীবু করিগী য়ায়র নসা ওই হুয়েল নরান ওইনা য় নথুববনো। সানৌ-ও নওদি য়াংমন কায়নললে হায়না মিকপলময়ে হায়বগীবু হাওয়েন য়াংগোচপুঙ য়াংবা কায়বা থাঙ-য়ানলম লীকলাং ভরোং পরেংকেল হাওরম নিঙগোয় য়ায়মাবা মিকপরাই-ও ভৌনা .কীএ॥ লমলেন মদাইমাদি ভোপুলও কোংদি কদৌনেংগীনো। লুবাং নাহা য়াওসা তানবগী য়াওরৌ

---

অহনবু মনাও'নপা অতোনব হাওরমতোন কোবা ম'রল থাবা লৌথিবনা। মথুংস্নু থাওলেম্না মরাখগী মঙক্তা। শ রব। লীক্লাং অঙ্গগা পাঙনা মঙক্তা য়াঙ্খ'খবদগী লীক্লাং অঙ্গুনা চোইনা কেস্নুন। তাবগা লোয়ননা লৈবাক থক্তা ভুখি হায়বদগী মফমঙ্গদা ময়াম্বা হাওরম নিঙ্গোই য়াইমবনা ইনাউ ইবুংঙো হাওরমতোন অদোন লৌথবা নওদি নয়াম্বা নোংয়াই হাওরম অহনবব ক'রগীদমক মথুংস্নু থাওলেন অঙ্গুদি ইচিল ইনাও, ইপা ইচা, ইয়াম্বা ইপি থঙদবা অচগা। ভিমেন নওগী টানদি ঙাই লেল মরুপ থঙদবা ওইবনা হুয়েল লালগী লানফা ওইনা য়াম্বংলুরিবনো। ইশানৌ নওদি রাখল য়াংমনথেংদকো। হায়না কপ্লম্মী হায়বদগী মফমঙ্গু হাওয়েন য়াঙ্গে ইপুং য়াংবা কায়বা থাওয়ানলম লীকলাং ভরোং পরেংকেন হাওরম নিঙ্গোর য়াইমবা মিকপরাই হায়না কোনখি॥ লমদম অমগী মিংনা ভোপুল হায়না কোনখিবদি কহিদগীনো। লুবাং নাহা য়াওপা।

সাপানলোক চকথোম ঙমথায় তাললকপাঙা য়াওরো সঙাই লামপীসাবু লাংবলগা তৌরেন। তৌরেন লাংথমববু তৌরেন পোপাতেক লয়না পূললময়ে হায়বগীবু সাপুল-ও কৌববু কেগেঙা কাথিবা মোইরাং হায়মন ঙানবনা তৌপুল-ও তৌনা কৌএ॥ লমলেন মদাইমা ঙাইখোং নিংথৌ খোঙঙাবা নিংথৌ খোংপুবা মকাইকমবু নাতৈননা লমলেন লোকলৌ খোইচুপাল ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নোংবাল লুরাং থারং খোইনুচাগা কেগে মোইরাং উরা থংবীহনগা কাইবী লৌসঙথকতা থাঙম্নি লীহম্ন ঙাকনা লোইথোম লীহম্ন সঙমনবৈএ। সেনলোই মপাঙাউ লুরাং থারং খেইনুচাকী লাংবল খোইরাবা মতিলহৎ তৌত্রি খোনস্নুংসিব মখুংস্নু চকথোম থামবী মৈথোঙ ৬ হৎপাবু কেগে

---

ঙানবনা য়াওরো শা-ফানবালোক লৈম্নি মৈরম থায়না শদারকপদা য়ারো শঙাই কৌবী শাবু লাংবল থাদা মপাল মরা নিঙথিনা মপুং মরৈ কাবা তৌরক্তা পুশিনগা তৌবু পোপ্তেক লয়না পুল্লবী হায়বগী মকম অহুবু শাপুম হায়মা কৌথিববু কেগে মোইরাং লমগী অশৈবশিংনা তৌবুল হায়না কৌনখি। লন্দম অমবুনা ঙাইখোং নিংথৌ খোঙঙাবা নিংথৌ খোংপুবগী লৈকম লাংম্নাক্লগা থংমনা লৈবা লম্নু লোকলৌ খোইজুপাল হায়না কৌনখিবদি করিদগীনো। মুংবাল লুরাং থারং খোইনুচাগা কেগে মোইরাং উরা থংবীহনগা অনিনা লৌবুক্তী লোশঙ মথক্তা কৌ চাগদবা উচেকপু তান্দুনা কৌ ঙাকমিরৈ। অহুম্না মরুপ ওইরবা মখোম অনিমক মরুপ ওইরবদা লুরাং থারং খোইনুচাগী লাংবল থাদা পাইবা খোইনা থাদা হৎপগুম হৎনা শেথা তৌত্রি কৌবা মখোল মুংশিবা মখুংস্নু (বাণী) ওইবা মৈনা

থংবী লীরাহলনা মোইরাং মপুংয়ারদা পাথ· লয়খীপুং য়াকাবা থাংচেন পোংপৈনবদা তোয়নাক্রুয়াবগী তৌত্রি থাংতপ পোপ-লাবগী ফকলাং লোনচানুংদা লোননা থেংলাবগী লুবাং খারং খোয়নুচানা সেনলোই ইপাতাউ কেগে থংবী লীরাহল-ও। ঐগী লাংবল তৌত্রি ইখুংস্থ লাংবল খোইরা মচিলহুং চক মাম মৈথোং ৬ হুংপা তৌত্রি খোনথুংসিতি লৈতরে হায়না পাউহংববু পাখৌ-ও নঙগী তৌত্রি নখুংস্থ লাংবল খোইরাবা মতিলহুং চকখোম খামবী মৈথোং ৬ হুংপা তৌত্রি থুংসিবদি ফকলাং লোনচানুংদা লৈএ হায়না পাউতাকখিয়ে। লুবাং খারং খোইনু-চানা তৌত্রি খুংতা পায়না খোংলুববু তোরেন থাংতপ পোপ-লাবগী তৌত্রি তাংথং নাইরে হায়বগী য়াইবা মনুংহৌ তিলাং

মথে ৬ মখুল ৬ শুনা হুংপবু কেগে থংবী লীরাহল। মোইরাং মরমদমগী খাথং ময়াম লয়পুং য়াকাহুনা ময়াম ফমলগা বারী বাতাই তোনবদগী মখাংদা পুথোক্তুনা লেয়রুবদগী অমনা অমুক পায় অমনা অমুক খোং কোয়মুন মুমবদা তৌত্রি অত্থ কায়রে অত্থদগী ফক্লাংগী মচি অমনা লোয়না থেংচিল্লরে। মহুদা লুবাং খারং খোইমুচানা হে মরূপ ঐগী লোয়মবা ইত্তাউ থংবী লীরাহল। ঐগী ইখু স্থ লাংবল খাদা বাদা খোইনা হুংপগুম খাবী মৈয়া মখুল ৬ থোক্ল। হুংলবা তৌত্রি মখোল থুংশিব। অথু লৈতরে কদায়দা লৈমরগে হায়না হংবদা ইতাও। নহাকী তৌত্রি নখুংস্থ লাংবল খাগী খোইনা বাদা হুংপগুম খাবী মৈচংননা মখুল ৬ হুংবা তৌত্রি থুংশিবা অত্থদি য়া ফক্লাং থুসিদা থেত্তুনা লৈরেদনা হায়না তাকখি। লুবাং খারং খোইমুচানা তৌত্রি অত্থ পায়হুনা খোংলগে তোবদা তৌত্রি অহুগী ময়াই

মখোয় সাউনা বা তাথিখিয়ে। পাখৌ ও নঙমা কেগে চাউবা পুংদা পাখং লয়পুং য়াকানা লৈকাই খাংচেন পোংপৈনরুবগী তৌত্রি খাঙতপ পোপপাগীদমক তৌত্রি তাংখৎ নাইরে হায়না বা তাখিখিয়ে। কেগে থংবী লীরাহলনাস্নং পাখৌ-ও নঙকী তৌত্রি নখুংস্নবু অয়িম কেগে চাউবা পুং মোইরাং সাংবা য় য়দা পাখং লয়পুং য়াকানা লৈকাই খাংচেন পোংপৈনরুদে হায়না য়াকনলবগী তৌয়িকুম পাখৌ-ও। কেগে নপালাই মে ইরাং মপুলাই থাংজিং কোয়রেন লাইনা চুমস্নুনো। সুংপাল ইপু লাইনাস্নং খঙস্নুনো। হয়েং কৌবা নোংগাংসায় লোয়য়া ভমবু ঙাললকলবা মালং ছুম ছুম লেঙদবা অয়ুক চিংথৈ লয়নাহুল খাকৌ লিকলা চোইনা কেললাবদা চৌংয়া খোইচু তোলোঙবীচাবু

---

খিগাংদা ইকায় কায়রমলে খোংবদা মখোল চাংচৎ নাইত্রে হায়চনা মপুক্লংদা য়ায়া শাউনিংবা কদ্বি কয়াও খোরুচনা শাউখি। ইতাউ। নঙনা কেগে মোইরাং লমগী পাখং ময়াম লৈপুং ফবদা উহন্দুনা লেমরুবদগী থ্রৈগী তৌত্রি অসিগী ময়াইদা ইপোপ পোপ্পা কায়রে খোংবদা মখোল চাংচৎ নাইত্রে হায়চনা য়ায়া শাউনা হায়খি। বাকম অসিদা মোইরাংগী থংবী লীরাহন অমুকা হে ইতাউ। য়হাকী তৌত্রি নখুংস্নুম পুচুনা ইরমদম কেগে মোইরাং লৈবাকী পাখং ময়াম য়াকাচুনা লৈপুং ফবদস্নু য়াওরুদেনা হায়চুনা বাকমচুবু কহোকচখি। অচুদা লুবাং থায়ং খোয়চুচানা ফরে অচুথি ইতাউ নহাক কেগে মোইরাংগী ইপা ইপু পোকপা থাংজিং কোয়রেল লাইনা খঙবিসনু বাচুমবিরসনু। হয়েংগী মতম ওইরকপা কোরৌহনবনা মশেক হেক হলোক্লুনা নোং ভাবকপা মালং মুংশিংবা হমলকপগা

কমবী বৈগা হো রাইসেং কামনা হাপ খোইচু ভোলোঙ ঈকনা য়াচুমনাসে। মৈথু নোংলোন কাবনা কেগে নপুঙয়াই-রোমদা খোয়রবদি পাথৌ নঙনা পয়রে। মুংবাল ইপুংয়াই-রোমদা খোয়রবদি পাথৌ ঐনা পয়রে থঙনাসে হায়না চৌংয়া খোইজু ভোললোং ঈকনা য়াচুমনাববু মৈরী ভাংগোইপাই মৈথু নোংলোন কাবনা কেগে চাউবা পুংলোমদা খোয়খিরবগী মোইরাং থংবী লীরাহলনা ভাঙজা মরু লূকনা পাথৌ মুংবাল নপা লাইনা চুমলকএ। মাই মাই চিলওললারোইএ। কেগে চাউবা পুং মোইরাং সাংবয়ায়দা প'থং লয়পুং য়াকানা লয়কাই থাংচেন পোংপৈনরবগী ভৌত্রি থাংভপ পোপলাবা মহাকনে হায়না হোয়য়'নরে হায়বগীবু লোকলৌ খোইচুমচুম থাংভেক

---

লোয়ননা হুমিংকী চিংখৈ হেক হুনকপা লিক্রা কেনকপা মতমচুদা চীংয়াদা হৌবা খোইজু মতোল লোঙবসিবু কয়ীবক্কা হাপ্লগা মৈ থাগি রাইশেং হাপসি অমুয়া মৈ থাবদা কেরৌ অয়াংবদা কারকপা মৈথু অচুনা কেগে নরমদমলোমদা কারবদি ইভাউ নঙনা লাগে। অচুগা লুরাং ইরমদম-লোমদা মৈথু অচুনা খোয়না চংথ্রবদি ইভাউ ঐনা লাগে হায়বসি থঙলসি হায়নয়গা চীংয়াদা হৌবা খোইজু মতোল লোঙবচুবু মৈদা থায়চুনা অচুম চুমদা ঙেংলবদা মৈগী ভাঙ্গোই পাইরকপা অমদি মৈথুনা নোংথক্কা কাখিবা অচুনা কেগে মোইরাং লমদমলোমদা খোয়না কাখিবা মরমা মোইরাংগী থংবী লীরাহনা মকলুক্রা ইভাউ। লুরাং নঙ্গী মপা নপুলাইনা চুমলক্লে। মংত্তে নত্তে হায়না ইচিল অসিনা অনি লোঙমা হায়ররোই। অচুনা কেগে মোইরাং লমদমগী পাথংপিংনা লয়পুং য়াকায়না লৈকাই থারী

খোইচুপাল-ও কৌববু কেগেতা ফাথিবানা খোইজুমানও কৌনা কৌএ। লমলেন মদাইমাদি খুরোই হাউরা লমলাংতোঙ নাপুবা লৌখোংচাউ খোংজাউ লাইরুকলেমবা লাইমৈথু কুমনারম লাই-রাংলা তননরম খোংজাউ লাইরোক লেমবা মরৌমাঙ-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কাওরেন কোনদে লাংনুবীগী কাওরেন সনয়াঙ-থকতা কেগে মোইরাং নাপুবনা সমু মথুংলু অনিংবা খুরু খুতপনানা তেংনা কারকয়ে হায়বগীবু খুরোয় হাউরা লুমলাংতোং নাপুবা লৌখোংচাউ খোংজাউ লাইরুকলেমবা মরৌমাঙ-ও কৌন কৌএ কৈনা হাওরৈমা নিংথৌ ফানতেক সোকনাইবনা কোইবা লমনে। নিংথৌ ফানতেক সোকনাইবগী ময়িমচিনবু

শুবদা লেনরুবদগী ময়াম্না মুমতুনা য়েংনবদা কায়খৎবমক্রি হায়তুনা মশানা হায় দাকচরে, হায়বদগী মফম অতবু লোকলৌ খোইচুম থাংতেক খোইচুপাল হায়না কৌনবু কেগে মোইরাং লৈবাক্তা অশৈবশিংনা খোইজুমান হায়না কৌনখি। লমদম অমদনা খুরোই হাউরা লমলাংতোঙ নাপুবা লৌখোংচাউ খোংজাউ লাইরোকরেথা লাইমৈথুনা কুমবা লম লাই-রাংলাশিংনা তনবা লম খোংজাউ লাইরোকলেম্বা মরোমাঙ হায়বা কৌনখিবদি ফরিদগীনো। কাওরেন কোন্দে লাংনুবীগী শন য়াঙলেন মথক্তা মোইরাং নাপুবা কৌবনা খুউ অনিমক্তা শৌতনা তোংলগা কারকখি হায়বগী মফম অতবু খুরোয় হাউরা লুমলাংতোং নাপুবা লৌখোংচাউ খোংজাউ লাইরোক লেম্বা মরৌমাঙ হায়না কৌনখি। লমদম অসিদি কৈনা হাউরৈমগা নিংথৌ ফান্তেক সোক্নাইবগা অনিনা কোইবা ঙাকপা লমনি। নিংথৌ ফান্তেক সোক্নাইবগী মমুমগী য়ুমফিন্দদি খুবাই মরৈ

সেরী য়াঙভেকনা খূচাই নাৰৈনানা লিকলাই কাউ:চংখু তোন-ভাওবনা থিম্ন্জিল চগো সাইনোন ওই লোইবী হাওরংফাই অভোৰনা থিরকুপনৈএ। লাংকোই ন:কতাওবনা ছুইমু ভমনা সওনানা পানকৈএ। নোংবাল কানভেক সোকনাইব-ৗ ফোঙনা-কমনে। লমলেন মদাইমাদি নাচৌও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেগে মোইরাং নিংথৌ খি-গ্রৌ নাচাউবনা চামনৌ লাকোন লিংনা চংবী লাপানথাববু পুন্নুং পারাকমান্নুং করম চাউবু চাউবনো হায়বগীবু লাচাউও কৌববু কেগেভা কাখিবনা নাচৌ-ও ভৌনা কে'এ॥ লমলেন মদাইমাদি কোংকি চয়থাপাল লোকলাউ হয়েনভু ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেগে খো:য়বা লাংমৈয়েনবা

---

ভাবগুম য়াঙভেক নাইবা, যুম্নীদনা কোৎেং মখোঙগুম মকোক মৈ নাইনা য়ুংলবা য়ুম্নখিনগী শাই ভানা চৌংগী ইরোম অভৌবনা নিঙথনা কুপ্নবা য়ুরি। নাকথং ভাওবা লাঙোই শগোলনা য়ুম শঙনবা হইগুম্না শঙহল্পুনা পা:লি। মকম অসিবু কাভেক শোরাইবগী অহোঙ কুমৈ তৌকম ওইনৈ। লমদম অমদনা নাচৌ হায়না কৌনবদি কবিদগীনো। কেগে মোইরাং নিংথৌ খিক্রি নাচৌবনা চামনৌ লফূগী মপাল মরাম থান্নুনা লকুবন শেবদা অপান মরাম হৌরকপগী মনুংদা লকু মপাৰৌ অমদি য়ায়া থোইবা চাউরবা অমুদা মসিবদি করয়বু অপুক চাউবনো। হায়বদগী লাচাউ

---

খিক্রি অচৌবা মোইরাং নিংথৌ ময়ামগী মরক্তা ১৭ শুবা নিংথৌনি। চহী ৬০ চুপ্না মোইরাংদা পানখি। মাগী মতমদা হাউখি নাথোইচুগী য়ায়ী থৈগৈ।

অথৌবগা নোংয়াই হয়রেন অথৌবাগা চায়না খোংকেননা তিমেন ছাচাখনাইঙদা নোংয়াই হয়রেন অথৌবগী তিমেন মখূৎ-সূনা ফেললাবদি সোয়রেন কুমবাতু ককলু মূমায় লেংলে। কে'গ খোয়বা লাংমৈলেমবগী তিমেন মখূৎসূনা ফেললবদি নোংয়াই হয়রেন অথৌবদি লাবা থনূং থীংলে। নোংয়াই হয়রেন অথৌবদি ককলুসেংসোনানা লাইচা নমজানননা লুতুরে। মখিম কেগেনা ভেংথানা ক'কানবুদি কোং'ও কৌএ। লাইজা ঈশিংবুদি লোকলাউও কৌএ। কেগে খোয়বা লাংমৈলেমবা অথৌবনা কোংপান কোংকিথকতা চয়থারে। অহূংনাংগীবু কোংকি চয়থাপাল'ও হৌনা কৌএ॥ লমলেন মদাইমা কেগে

---

হায়না কোনববু কেগে মোইরাংগী অশৈবশিংনা মাচৌ হায়না কৌনখি। মোইরাং লমদা মকম অমবু কোংকি চৈথাপাল লোকলৌ হেয়েনতু হায়না কৌনখিবদি করিবগীনো। মোইরাংগী খোয়বা লাংমৈলেম্বা কোবা অথৌবগা থুমনগী হৈয়েন কোবা অথৌবগা মথোয় অনীনা মথুং মথুত্তা তা অমমম পা'য়রগা চায়নবদা থুমনগী হৈয়েন অথৌবগী মথুংত্ত তা অহূনা লংলকপদদি মোইরাংগী অথৌবদখি পাজহূনা ফুংদা লেংহূনা লৈরে। অহূগা মোইরাংগী খোয়রা লাংমৈলেম্বগী মথুংত্ত তা অহূনা 'লংখিবদদি থুমনগী হৈয়েন অথৌবখি মথখোয় কাওনা লেংলে। থুমন হৈয়েন অথৌবনা মহূনা লৈবা ঈশিংগী লৈরায়দা শেংখোৎনা তাহূনা ঙাহূনা লৈরে। মোইরাংগী মীশিংনা ক'কানবু কোং হায়না কৌই। ঈশিংবুমা লোকলৌ হায়না কৌই। অহূনা মকম অহূবু কেগে খোয়বা লাংমৈলেম্বা অথৌবমা কোংপান কোংচেক মথক্তা থুমনবু চয়

লোকতক বানধরেনবু নাতেনান খুরোইবা য়িয়াফাক মানলৈবা হনচিনকোম সমচাইও কৌবদি কদৌনোংগনো। কেগে খাইতোন লৌথিবনা য়াংমোম লৈমা থাংতেক অচাবা চনুগা লৈমা নুংনাংখোমবীগা তালোয় অনী থাচিকনা লুমলেন অনী থাপাংনানা পামমননাবু লৈমা নুংনাংখোমবীনা তরা চানমথিকুম খনীক নীবক্তে হায়বগী মতু নিংথৌ থিং থিং হয়রী পুংতোংবা কবো বাংরৌথিবা মুকাপ শৈসা থুন খা যাকেন তোংববু থৌনেকখিএ। য়াংগু লৈমা নোংশাল থাংতেক অচাবা চনুবু বায়রা মসা ওইনা তাংজা লুরেনতোমবু ককথংলবগী লাইচা য়িপাকথকতা চাইনা তারে। তাঙজা মসম চাইরে সমচাইও তৌনা কৌএ॥ কেগে

---

থারে হায়বদগী মফম অদুবু কোংকি চৈপাপাল হায়না কৌনখি। লমদম অদুনা কেগে লোকতাক বানবরেনবু লাম্বোক্লগা লৈবা লন্নু খুরোইবা ইয়াফক মানলৈবা হনচিনকোন সমচাই হায়না কৌনখিব দ করিদগীনো। মোইরাংগী খাইতোন লৌথিবা কোমনা য়াংমোম লৈমা থাংতেক অচাবা চনুগা লৈমা নুংনাংখোমবীগা অনিবু মতালোয় ওইনা য়ুম পানবদা নুপী অনি লোনবগী হৌনবা থরুম তৌনজনা নুংঙাইনদনা পানমিননবগী লৈমা নুংনাং খোমবীনা থাংতেক চনুবু অপুম্বা চাক্লা নমথিবগুম ভুক্তাবনা যায়া নুংশিনদবগী মরমা মোপা থিং থিং হৈরী পুংতোংবা কবোগী লনদম য়োনা লপোল ইতিকপা মুকাপ অশৈবা হায়না থজনবা য়োং য়ায় লৈবা থুম্পা লৈববু নেক্তনা নুংনাংখোমবীবু হাৎননবা নেকচখি। অদুনা য়াংনু লৈমা থাংতেক চনুবু মাগী লানলোই লানফা থনগুমা মঙক ককখিবদা ঊশিং মথক্তা চাইনা তারে। মসম

লৌকিভাক বানবরেন-ও কৌবদি কদৌমৌংগী মো। কাওবেন কোন্দে লাংনুংবীনা লাইচা থিপুক খায়না বানশা সীনা লাকয়ে। মপুক মরীল তয়না থুংলৈএ। পুকতৈবী লমনুংসি কেগে সামুককোন মোইরাং সনসেন নাউদা লৈভমবা কেগে মোইরাং নাপুবা নামবী সোংসেন হনবদা কাওবেন কোনদে লাংনুবীনা তাকলময়ে হায়বগীবু কেগে লৌতাক বানবরেন পুকতৈবী যিনামুং কেগে সামুককোন মোইরাং সনসেন নাউরোইতাক-ও তৌনা কৌএ॥ থুয়োন খাংখা লুংবা থাওলেন লুচংসোয় বাবা অয়মখোং চীংলক অচনববু নাতৈ-নানা কেগে লুখোংবা খেংলেময়ায় মোইরাং খামনপাৎ কেগে থমংখোং ভারম অচংবা কামচিল লমনুংসি লোংলোক নিংথৌখি নোংচুপ লৈম মি নোংবাল নমকল মাউবা সরাবা পুওলেন মথুংদা

---

মনাম্ব ইচাই চাইরে হায়বদগী মফম অদুবু শমচাই হায়না কৌখি॥ কেগে লৌতাক বানবরেন হায়না কৌনখিবদি কল্লিনগীনো। কাওরেন কোন্দে লাংনুবী কৌবীনা লাইজা ঈয়ায় খায়না ঈপাক থুংনা লাকখি। মপুক মরীল পুথা রানা তয়না থুংলৈ হায়বদগী লম অদুবু পুকৈবী লমনুংশি হায়না কৌনখিবা চমু কেগে শামুককোন মোইরাংগী শনশেনবা নীশিংনা লৈরবা কেগে মোইরাং নাপুবা কৌবা শীংনাং লম্পাক খেনবা অহন্দা কাওরেন কোন্দে লাংনুবীনা তাকখী হায়বগী মফম অদুবু কেগে লৌতাক বানবরেন পুকৈবী যিনামুং কেগে শামুককোন মোইরাং শন-শেন নাউরোইতাক হায়না কৌনখি॥ থুয়োন লমগী খাংখা লুংবগী থাওলেন নিঙথবু লুথুম সোয় ওইবা বাবা অয়মখোংদা থুবা লুদা থাওলেন চঙখিবা চীংলক্তা সোয়ফম অদু লাখোক্লপা লৈবা মোইরাংগী

লোংয়াই কাওবা হিংঙবা কানা পুঙ্গন। লুবাং খিংলৌ য়াইথাকোন তাংখুরা চীংদোমপোকপু নাউেনানা লমলেন মদাইয়া য়াইতাক-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। চুংবাল লুবাং নাহা য়াওসা তানবনা য়াওরৌ তুংইন তাললকপাতা সমু খুনান থোকপাবগী য়িমু কিরাক সাংবু মালেম লয়দা তারে। থ য়না নহা ংনোংদি য়িবু য়াইও কৌএ মি য়াইবু মালেম লয়দা তারময়ে হায়বগীবু য়াইতা ংও কৌমবু কেগেতা ফাখিবনা য়াইতাক-ও কৌএ।। লৌকাল্লাং মনলা'কোন তাউচিং নাকৌচীং কেগে খিয়াং মীচাউবনা খুমন

---

মীয়ায়া লু-থোই থাকুকম ওইবা থেনয়াইগী লমবু মোইরাং থামমপাং কেগে খমংথোং তারম অচনবা কোমচিল লমহুংসিবু নোংপোকলোমগী নিংথৌগী মী লোংচুপলোমগী লৈমশিংগী মীশিং অহুগা চুংবাল লুবাং লমকম য়াওবা ময়াবনা থোকবা পুংদা থুমন কাউবা হিংঙবু ফানখিবা পুংনি। লুবাং খিংলৌ য়াইথাকোন তাংখুরা চীংদোমপোক হায়না খঙনবা লমগা ওমথংলবদা লৈবা লমু য়াইতাক হায়বা কৌনখিবদি কয়িদগীনো। লুবাং নাহা য়াওগা তানবনা থাগী থারম থাচুং ইমা তাঙকপদা মথোও খুরৌনচুনা নাংবদগী মথোও শোকপনা ঈনা পুমতাও ফাওনা মালেম লৈবায়দা তারে। থায়না মমাংডৈদদি ঈবু য়াই হায়না কৌই। অসিগুম ঈ য়াই অদিবু লৈবাকথকা তারমে হায়বগীদমক য়াইতা হায়না কৌনবু কেগে মোইরাং লমগী অপৈবশিংনা য়াইতাক হায়না কৌই।

---

মোইরাং লিংথৌ, খিয়াং মীচাউবা, নিংথৌশিংগী ২১ শুবা নিংথৌনি। মোইরাংদা চহী ৪০ পানখি।

-খুরাংবা অংখৌবমু কানাপুংনে ॥ লমলেন খোংবাননাউ-ও .কৌরদি
কদৌনোংগীনো। কেগে পুমনা হপ মোইরাং পাক্লা তাইনা লেমলৈ
তাইনৈবদা নুংবাল লৈমা নিঙথি তরেংখৌনা লেমলৈ তাতাংলবদা
মদাইরেম মাইমুরা খোইচেননাউ সোমলেনবনা খোকলাং মখুৎশুবু
কৈনা হাইনা তাকখিয়ে, কেগে লৈমা অঙনবী মোইরাং লৈমা নিংথি
তরেংখৌসিবু মীরাইমানা য়েংকরোইএ, পোংলাইমানা হায়করোইএ
হায়দা কেগে মীয়ামশক্তা লাউনা খোংবা তাকলবরে হায়বগীবু
কেগে খোংপালনাউ-ও চৌনা কৌএ। লাংবল খোইরোইনাই পাখংবা
খোইমু হাখচীংনে। কেগে তরেং লৌলেনতা সেনতা মিরাইকোন
ভিলহম হাখালো ভিলনাই পোংলৈপলো-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো।
লহানবোং হরিবৈঙদা অমম সিখিনবদা তরেং সেননা ওঙলাবদি
নাদা য়েপএ। তেংনৌ য়োংবা ওঙলবদি নপদা পোএ। তরেং
মসেনচানা নাদা য়েপপাবু তাবোরে খিংলৌ অমরক নিঙল্লা

---

মকমসিদু লোকানাং শলাংকোন তাউখিং নালৌচৗং কেগে মোইরাং
নিংখৌ থিরাং মীচাউবা কৌবনা খুমন খুবাংবা অখৌবমু কাখিবা পুংনি॥
মকম অমযুনা খোংবানাউ হায়না কৌনখিবদি কদিদগীনো। কেগে
মোইরাং লমগী মীয়াম পুমমক চঙজুর্না য়ায়া পাক্লা চাউনা তাইনৈবদা
নুবাং চহু লৈমা নিঙথি তরেংখৌনা ও৷ তাংলবদা মকাই অচানবা মাইমুরা
খোইচেনাউ কৌবা লোয়কম লেনবনা মাগী মখুংশু চৈশাং অমুনা কৈনা
হাইরজুনা তাকখি। কেগে মোইরাং লমগী লৈমা অহনবী মোইরাং
লৈমশিংগী মরুপ্গী অরেখৌ ওইরবা নিঙথি তরেংখৌ অসিবু কনাঅঙনা
য়েংকদে য়েংবা য়ারোই। মাংতোলা কনাগুম্বা অমনা বা অমত্তা হায়কদোই

ভেনা লাইচা য়িরোনমুংগী খোয়মা লকাথকভা লৈভম্বু সম্বু মখূংতোম্না রায়খংলক্লে হায়বগীবু তরেৎ লৌসেনবা সেনভা য়িরাই-কোল তিলহল হাথালো তিললাই পোংপেলো থারা ভেকহয়ো চাদনা তিনচুম লৌ থকতনা য়্মলৌ কাবলো .কৌবরু পূকয়েক চম্মু তোইবী সোইপাই লানথেম্বীনা থাশোম নিংথৌলোনে। হুয়েল লানীগীদি খুমন তোনবা অথোবা ফানা-লোও তৌনা কৌএ॥ শেগে হু-পীতক নাউরেমতোন ফিথুপ চীংনামুং মুরা চীনথুথেন থমনূং চীংদি চীংনাউতা তাইবং চীংদি চীংখুৎসা কেগে চীংঙায়েং মোইরাং পিশুম চীংনামুংনে। কেগে কোকপা নোংয়েংখোং হুই-থোপা খোংলে-য়াই-ও কৌবদি কদোনোংগীনো। লহানবোং হুয়ি-ঙৈদা কেগে মোইরাং কোকপা নাউরেংচাম্বগা খোইয়ম লাইহিংচাগা

---

হায়না মোইরাং মীয়ামদা খোঞ্জেল লাউনা হোনা তাক্লম হায়রম্মী হায়-বদগী মফমচুবু কেগে খোংপালনাউ হায়না কৌই। লাংবল থাদা পাইবা মপাঙল কালবা মণা ঈনখংলক্লবা খোইমায়া পাইরক্লগা মহুম য়ায়া শাবা চীংনি। কেগে লমদম অাসদা তরেৎ লৌসেন্তা সেন্দা ইরাইকোন তীলহল হাথলো তীল্লাই পোংপেলো হায়না কৌনবা লমাসবু করিদগী কৌনশিখনো। থায়না ময়াংঙৈদা মী শিবগী পোৎলোইবদা শেল হাপ্লবদি ন [নাকোং] মপাদ হাপ্নে। য়োং মতেক হাপ্লবদি নঙন্দা পোবা ওইনা হাপ্লরম্মী। অসুম্না শেল ওইনা হাপ্নবগী নাদা য়েপ্নবু ত হোরে। অমুক হল্লক্লুনা য়েংবদা ঈশিং মঙ্গুংগী উন:-রানা মথক্তা লৈরবু খিরিবা মহাকৌ শবু মখু তোনা চপ্লগা পায়খংলকখি হায়বগী মফমচুবু তরেৎ ইশৈশেন্তা সেন্দা ইরায়কোল তীলহল হাথালো তীল্লাই পোংবেলো থারা

সোয়রেন থম্‌নাপ মম্‌নারে। লুফুই নামথুমমননাববু কেগে কোকপা নোরেংচামবদি তাইবং নমু পোংবু ওইবনিগীনা কোরৌ নোংজা-রেনবু খোমলেন তুমকলএ। খোইরম লাইহিংচাদি খোমলেন তুম-কলখিদে। অহিং ইনু পোয়য়াইমাদা লেমলৈ ঙমনা চা বানচেং ঙমনা চাহৎলবগী থিংলৌ নিঙনা হেনা পাথৌ তাইবং কোকপা নাউরেং-জাবাও হনুং কৌবা সোয় সরা হয়না ঙাললবলে। লেমলৈ ঙায়াম কা

তেক্করৌ চাদনা তৌজুমলৌ থক্তনা য়ুসৌ কাবলৌ (য়ুঙাওবালৌ) অমুগা কৌক্র পূকয়েক চমু তোইবী সোইপাই লাম্বেবীনা ময়াম অম্বু পুক্রিং থৌগৎনা শেমলম্বা লৌফমনে। মফম অসিবু লানফম অমগী খোঙ ফমদদি থুমনগী অথোবা তোনবা কৌবম ফাখিবা লৌফায় ॥ কেগে লমদম অসিদা হুইপীতাক নাউরে তোন, ফিথুপ চৌংনামূং. থুরা চৌ খূথেন, থমমুং চৌংদি চৌংনাউত, তাইবং চৌংদি চৌংখূংসা, কেগে চৌংঙারেং, মোইরাং পিশুমচৌং নামুংনে। অসিগুম্বা লমদম অসিবু কেগে কোকপা নোরেংখোং, হুইখোবা খোংলেনয়াই হায়না কৌনখিবদি করিদগীনো ॥ থায়না মরাং-ঙৈদা মোইরাংগী লম অ সদ, কেগে কোকপা নাউরেংজাবা কৌবগা লাই-হিংচাবগা লোয়নবা ঙা ফাননবা সোয় নাপমিমরম্মী। লু থুমহনা ঙা ফাননবা হোংনমররম্বদা কেগে কোকপা নাউরেমজাম্বদি তাইবং মী ওইব-নিনা কোরৌ মুমিৎ অমগী অহিং অমদদি কয়া তুমলম্মী। খোইরম হিং-চাব অহুদি অহিংমু তুম্বিদে অহুনা অহিং অহুদা লুদা চঙবা ঙা অচৌবা মচা ময়ামমু লোইনা চাথোক্লগা প্রপ প্রপ হমক্লনা হায়রে। পাথৌ তাইবং মীওইবা কোকপা নাউরেমজাবা কৌবা নওবু তাউ— অহিংগী মতম লোই-খিহুনা লোংঙাম্লকলে। লেমলৈ ঙায়াম ফাননবা ঙাকুপ ঙাতোইনচিংবমু

য়ানচেং মাহুম কোয়না লুফুই নামথুমবগু কাইরুসে হায়না য়াহৌসন-
নৈয়ে। তাইবং কোকপা নাউরেংচাম্বদি খোপলাং নিঙকোই
কাদা লেমলৈ চয়া ফংদবগু কোয়ৌ নোংত্তাম্বলবগী উনবী কাচকহৌ
ত্তিললাং মাখোয় সাউনা বা তাখিরবগী কোয়ৌ হুমিং মাদি
য়াংলৈ তাউবা মহুইচা শোংপু মনুংচঙপা লেমলৈ তাচংসোয় সায়-
রেন থমত্তাকফমগী খোয়মা নাবেংন্সুংদা সানথুপলে। খাইয়ম
লাইহিংচানা ইনুং সোয়য়াইমাদা লেমলৈ তাম্বাম কাইনা য়ানচেং
মপূক কংনা চায়বগীদমক তাইবং কোকপা নাউরেংচাম্বনা য়াইবী
কলহৌ নীকনা য়া লৈ তাউবা মহুইচা সোংপু মনুংচঙ খানবা লেং-
হানবা য়াংলৈ মৈতাঙবা তাঙজা লৈমুংগা সমু থুংনা থিল্লাবমুং থুংলম
থঙবা হুইবু খাইয়ম লাইহিংচাবু তালও হায়না সমু থুংপু থিননা

---

ফাননবা লু থুমলম্বগু কাইরুরাস হায়না থঙশিনবদনা হৌদোক্লমী, অদুদা
তাইবং কোকপা নাউরেংখাম্বনা লু কাইরুবদা তাহাপ থুমুক খেংপ
অচুগী মনিঙ ফাওবা কোয়বা ঙমদনা ঙা চয়া অমফাওবা ফংদবদগী
হুমিং চুপপা অচুমা মতম মাঙথুবদা মখোয়দো পাউগৎমনা খবনা নোংমগী
হুমিং অমদদি মাগী অয়োকপা য়ুমশঙনবা হুই অমগা লোয়ননা লোয়া
থপ্লগা ঙা ফাফমগী সোরফমদা লোত্তুনা লৈখরে। মতম অদুদা খোদয়ম
লাই হিংচাবা ওইবহুনা অহিং অখেঙবদা সোয়হুগী ঙা ফাফমদা লাক্লগা
লু অহু কাইহুনা ঙা অচৌবা মচা অকুপ্পনচিংবা পুম্নমক চাখোক্লগা মপুক
কংনা (থন্না) চাখোক খবদগী তাইবং কোকপা নাউরেংখাম্বনা মকা দু
খোক্লা অশাউবনা লুতোন কাখিহুনা মাহাক্কী মমৈ তাঙবা মচিল মরৈ
য়ুবা মঙক মরেং চাউবা থুংনা থিন্দুনা থৌজিনবদা খুংলম থঙবা হুই অদুদা

খৌজিললাবগী হুইখৌ মরাক হো য়াংলৈ মথিনাইনা তাউবা খোনজেল খোকনা লাইজা ইপুক থায়না তানন থিরে। তাইবং কোকপা নাউরেংজাগবা-গা খোইয়ম লাইহিংচাদি কদায়রম চেনখিরবনো হংয়না য়েববু য়াংলৈ তাউবা হুইখোনচেলনা তাকলমরে হায়বগীবু কেগে হুইগীতাক নাউরেমখোং-ও তৌনা কৌএ। খোইয়ম লাইহিংচাসুং লাইচা য়িপুক থায়না মুতুম মুনা চেনখিরে তউবা হুইনা তাকলমরে। তাকমু-ও তৌনা কেখে। তাইবং কোকপা নৌরেংজামবাগী য়াংলৈ তাউবা মহুইচাসুং করম থৌবু থৌবনো হায়বগীবু কেগে কেকপা হুইথোবাখোং-ও তৌনা কৌএ॥ কেগে কোকপা খোং য়াওস্থু চৌংহননাই োরী লেপ্পীচৌং সোয়কৈ য়িনামুং ফমকোন লমলুংসি সন্তাই তাচিনকোনবু নাতৈনানা কৈবুল লমমাহল-ও

---

লাই হিংচাবা অহুবু তাম্নুরো হায়না মখং খিন্দুনা থৌজিনখিবদগী হুই অহুনা মপাঙ্গল মথৌনা ফুদোক্না কয়া হোনা খোংলহুনা ঈাশং ঈয়ায় লায়া তারখি। তাইবং কোকপা নাউরেংজাবনা খোইয়ম লাহ হিংচাবচাদ কদোমদবু চেনখ্রবনোকো হায়না য়েংবদা মাগী য়াংলৈ তাউবা মহুই অহুনা খোংনা খোংনা তানখিবা অহুগী মায়কৈ তয়া চেনখে হায়বদু তাক্লগী হায়বগী মফমগুবু কেগে হুইগীতাক নাউরেমখোং হায়না কৌনখি। খোইয়ম লাহ হিংচাবা অহুনা ঈাশংগী ঈয়ায় থায়না মুমুনা চেনখিবগুবু নাউরেংজাবগী হুইনা তাক্লগী হায়বগী তাকমু হায়না কৌনখি। অহুগা তাইবং কোকপা নাউরেংজাবগী হুই অাসবু করমস্থু অস্থুক থোংনোকো হায়বদগী মফম অহুবু হুইথোবাখোং হায়না খঙনখি॥ অসিগুম্বা কেগে কাকপাখোং য়াওস্থু চৌংহন্নাই থোয়ী লেপ্পিচৌং সোয়কৈ য়িনামুং ফমকোন লমলুংশি

কৌবদি কদৌনোংগীনো। মসু কেগে মোইরাংনিংথৌ লাইচিংখু
চিংখু তেলহৈবনা য়াওরৌ সাপাল লোকপাতা পানবা কৈরেন
অচঙববু পরম লানকা সালা পূনবা পুরকয়ে হায়বগীবু কৈপুল
লমমাহল-ও তৌনা কৌএ॥ লমলেন য়েনখিংবী পারেন খোংতৌলম
সনথৌবী সনথৌবাখোংবু নাইতমানা কেগে থাচৌং লাইচৌং মোইরাং
চীংমু চীংজাউরেননে॥ কেগে থাংপারেন-ও কৌবদি কদৌ-
নোংগীনো। মোইরাং লৌমী থাঙবা কৌবমা পাংলেন খোংদৌএ
হায়বগীবু থাঙবারেন-ও কৌএ॥ লমলেন তোয়য়া লমচুংসি কেগে
থিংবলৌ মোইরাং পোংবরৌ নিংথৌ মকাথবা থানলৈ মলৌমাঙ

---

খঙাই তাখিলকোন হায়না খঙনবা লমগা থংনবদা লৈবা লমু কৈবুল
লম্মহল হায়না খঙনবদি করিদগীনো। নবুধৌ কেগে মোইরাং নিংথৌ
লাইখিংখু চিংখু তেলহৈবা কৌবনা য়াওরৌ শাদাংমা শা ফাবা মতমদা
অচৌবা কৈজাও অমবু চঙমা ফারগা মথোঙ মচিল পুরমক পুরগা
পুরকখি হায়বদগী মকম অচুবু কৈবুল লম্মহল হায়না কৌনখি। অদুগা
য়েনখিংবী থারেন খোংদোরম শথৌবী শথৌবখোংগা ঙমথংননা লৈবা
কেগে থাচৌং লাইচৌং হায়বসিখি মোইরাংগী চীংমু চীংজাউ অথোইবনি।
কেগে থাংবরেন হায়না কৌবা লম অসিদি করি তৌবদগী কৌনখিবনো।
মোইরাংগী লৌমী থাঙবা কৌবনা পাং অচৌবদগী ঈশিংগী খোং অমা
তৌই হায়বদগী মফম অচুবু থাঙবারেন হায়না কৌনখি। অদুগা তোয়য়া
হায়বা লমদমগী কেগে থিংবালৌ মোইরাং পোংবলৌ কৌনবা নিংথৌ

---

মোইরাং নিংথৌ লাইখিংখু চিংখু তেলহৈবা অসি মোইরাংগী ৭৬ শুবা
নিংথৌনি।

লৈমা সৌপোন য়াইরেন চন্নু সানৌ মচিল মনাউবা খানবৈ লৌতাবাই কেগে চৌঃমৈবা কানরম মোইরাং লাইমৈবা তন্নুনরম কেগে লৈমরৌ কাংসোইবী লৌরেনবা কৌবদি কদৌনোংগীনো। সৌপোন য়াইরেনচন্নু সানৌ মচিল মনাউনা খানবৈ য়ুপুংথকতা লেমবৈ সারোঙখোইবী অকংববু থোংনা তরা চাকয়োম থোকলময়ে হায়বগীবু কেগে লৈমরৌ কাংসোইবী লৌপাললেন-ও কৌএ খুনবী চৌংনামুং চৌংগৈ নিংখৌ চৌংসোং থাপনবা মচৌংলেননে॥ লমলেন মদাইমা ফুমগৌ লমমাহল-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খুনচাল থারৌরোংবা চন্নুনা মপাল্লী তাক্রু তাংহল অনিমাবু সোয়রেন ফুমবী ফুংলৈথকতা পুমনা লেমবৈ ঙাতানলিবৈদা খোইরম লাইগী মসানওননা পুমনা মাঙখিয়ে। পুমলৌ-ও কৌববু মোইরাং

---

মপুখিবগী লৌগী মমাঙ শোবোন য়াইরেল চন্নুগা মচল ইবেম্মা গুমিং লৈমা ম্না থোংনাং লৈমগা মচিল মনাউ অনীগী লৌতাবা মতমদা কেগে লমগী লাইওইরবা অহলশিংনা কানরম্বা চৌং মোইরাংগী লাইওইরবশিংনা তন্দুনা (পোত্থকুনা) লৈরম্বা মফম কেগে লৈমরৌবু কাংসোইবী লৌরেনবা হায়না কৌনবদি করিদগীনো? শোবোন য়াইরেন চন্নু মচিল মনাউ অনীনা খানবৈ লৌউফমগী পুং মথক্তা লেমবৈ শারোংখোইবী অয়াইবা অকংবব কাংশোই ওইনা থোংলগা চয়োম থোক্লুনা চারম্মী হায়বগী মকম অদুবু কেগে লৈমরৌ কাংশোইবী লৌপাললেন হায়না কৌনখি॥ অদুগা খুনবী চৌংনামুং চৌংবৈ নিংখৌ চৌংশোং থাপনবা কৌবগী চৌংলেননি। অদুগা লমদম অমবু ফুমলৌ লম্মহল হায়না কৌনখিবদি করিগীনো। খুঙ্গাল খুনগী থারৌরোংবা চন্নুগী মচানিপা তাক্ল্ তাংহল অনীমকপু মমানা অ

ভাকাথিবনা ফুমলোও তৌনা কৌএ॥ কেগে খুনতিনবী চৌংনা-মুংদা পানবা বা কেগে পারোং বা মোইরাং পারাংবাও কৌবদি কদৌনোংগীনো। চাইরেল নৈমা মাহৈমাবী হাউনু কাসনমু সাকথীনা কেগে নামোইরু ও মথোংজিনদা তরা চানিরাবু চয়স্তু কৈনা খংবু তেকপি রোকনা লালনাবস্তুং ওকলাই ভাইএ। মমু পোংনা লালনাবস্তুং পোংলাই ভাইএ। হায়না স্তুমায় সুংলাংপানদা ছুনথোকলাববু লাংলেন কোংয়াং রাপাল কানা হৌরকলবগী কেগে পুমনাতিন মোইরাং পাকনা তাইনা পারোং-পারাং খোকনা হায়নৈএ হায়বগীবু কেগে পারোংবা মোইরাং পারাংবাও তৌমা কৌএ॥ কেগে খুনতিনবী মচীংজিনগী মোরী

---

কানবা সোয় চাকমগী শোয়গী ফুম মথক্তা নাউশুমছুনা থয়ব্রগা ও কান্ত্রি-টৈঙদা লাইগী শাইওন ওইনা মচা অজিমক পুমমাং মাঙখরে। অতুন: মকম অতুবু পুমলৌ হায়না কোনববু মোইরাংগী অশৈবশিংনা ফুমলৌ হায়না কৌনখি। কেগে মোইরাং লমবমগী খুনদিনবী কৌবা মফমদা হৌবা বাবু কেগে পরোংবা মোইরাং পারাংবা হায়না কৌনবদি করিদ-গীনো। চাইরেল খুনগী খুনলাকপী হাওনু কাসনমু শাকবী কৌবীনা কেগে নামোইয়াও কৌবগী মফমদা লাক্লগা চাক্লিজবদ মানা পায়রকপা চয়শু অতু কৈনা হুন্দোক্নুনা থমলমা চয়শুদুদি ওক্রা কৈনা লান্নুরবস্তু ওকয়াম শিবা চয়শুনি। অতুগা কনাগুম্বা মীনা কান্নুরবদি মীয়াম শিবা চয়শুনি হায়দুনা শুমাঙগী মপাল্লোমদা হুন্দোক্নুনা থমলমদুনা হৌরক্নুনা বাপাল মপুং ফারকখিবদগী কেগে মোইরাং লমগী মী পুরমক তিমদুনা (বাক্ল-সুংজু থোক্লা) পরোং-পারাং থোক্লা বাথোক রায়ায়খি হায়বদগী মফমদুবু কেগে

লেপপি চীং কৌবদি কদোনোংগীনো। খোইরম লংবা য়াথংলোই ভরেৎমানা মালেম লয়খোঙ কায়হল্লমলাবগী কেগে খুয়োন মোরী কৌবনা খোইরম লংবা য়াথংলোই ৭ মাকী তাঙজা খোংখুল লীনা তানথখিববু চেংলৌ সকউদরবগী লেপনা কোংনা য়েংলময়ে হায়বগীবু মোরী লেপপিচীং ॥ কোংনা কোংনা য়েংলময়ে কোংঙা মচীংজিলগ ভোনা কৌএ॥ কেগে লাইকমতাক মোইরাং কুরেক-চয়বু নাতৈনানা কেগে কংলৈ মদাইমাদি য়িরোয়-ও কৌবদি কদোনোংগীনো। নিংথৌ মফাখিবা মযোমঙ্গোল সেংপোন য়াইরেন চম্ম সানৌ মচিল মনাউনা খানলে লৌতাখিবদা লাইজা য়িসিং ভমলেন চাউঙমলাবগী সামবা য়িরোয় তমনা লানখিয়ে হায়বগী

---

পারেংবা মোইরাং পারাংবা হায়না কৌনখি। অসিগুম্বা কেগে লমগী খুন্দিনবীগী চীংজিনসিমু মোরী লেপপীচীং হায়না অমুক কৌনখিবদি করি-দগীনো। খোইরম লংবা য়াথংলোই ভরেৎমক্লা লৈবাক কায়হল্লবদগী খুয়োন লমগী মোরী কৌবা লৌশিংবমা লৈবাক কায়হল্লিবা লংবা য়াথংলোই ৭ মকী খোঙ্খুল লীগুনা তাম্বরকপবু য়াথংলোইশিংগী মশক উদবদগী লেপ্পা লেপ্পা মিৎয়েং শাংনা তাম্না য়েংলম্মী হায়বদগী মফমতুবু মোরী লেপ্পীচীং হায়না কৌনখি ॥ অদুগা কোংনা কোংনা ( মুনা মুনা ) য়েংলম্মী হায়বগী কোংঙা মচীংজিল হায়না মফমতুবু কৌনখি।। কেগে মোইরাং লমদমসিগী লাইকমতাক মোইরাং কুরেকচৈ হায়না খঙনবা লমগা ভমথংননা লৈবা লমদম্মু য়িরোয় হায়না কৌনখিবদি করিদগীনো। ঙিংথৌ মপুখিবগী মচামুপী শৌবোন য়াইরেন চম্ম মচিল মনাউ অনিনা লৌতাবা চংখিবদা

য়িরোয়ও কৌএ ॥ কেগে কংলৈ মদাইমাদি তাউথোং লৌরেনবা থরং নেমপাইলৌ সঙাই কোংয়েংলৌ মকু হোটসোললৌ খুমু মানথিক থিকফাংলৌ পামেল লৈরাং চাহুইপোক-ও কৌবদি কদৌ-নোংগনো। কেগে মোইরাংনিংথৌ উরা লাইচিংখু চীংখু তেল-হৈবা মদাইরেম তোইবী য়াইথিংচনু অকন চারোনবীগা য়োংচিল লয়কোয়ম চনুগা খোয়নৌ মতা অনীমানা থানলৈ লৌতাববু কুমবা য়াইচেংলীক কোয়ৌনা হামকংনরবগী থুংগী সিংলাইনা খুজিল লাইপুম থুংলবগী থানলৈ লৌতাঙমদরে হায়বগী কেগে মনিংথৌ উরা লাইচিংখু তেলহৈবা চকপা পামমে ঙমবা অমেবা থাঙসাববু কায়না হুনবা অকা খুমকং ৫ চায়বা অকুম খুনকং ৬

লমথাঙদা ঈশিং ঈহোরক্তনা ঈশিং চাউরম্বদগী ঈরোইক্তনা লানথি হায়-বদগী মফমতুম য়িরোয় হায়না কৌমথি ॥ মোইরাং লমসিগী মফম অমবু তাউথোং লৌরেনবা থরং নেমপাইলৌ শঙাই কোংয়েংলৌ মকু হোট-শোললৌ, খুমু মাথিক-থিকফাংলৌ, পামেল লৈরাং চাহুইপোক হায়না কৌনথিবদি করিদগীনো। কেগে মোইরাংনিংথৌ উরা লাইচিংখু চীংখু তেলহৈবগী মনাই অচানবী য়াইথিংচনু তোইবী অকন চারোনবীগা য়োংচিল লয়কোইবম চনুগা লৈমা মতারুপ অনীমক্তা লৌবুক্তা লৌতাবদগী কুম কাংহনা ঈশিং বাংপদগী খুবীনা ঙমনবা নথদা খুজিল লাইপুম তোহুনা অমুক হন্না লৌতাবা ঙমদরে হায়বদগী কেগে মোইরাং নিংথৌ উরা

উরা লাইচিংখু চীংখু তেলহৈবা মোইরাং নিংথৌশিংগী মরক্তা ২৬ শুবা নিংথৌনি। মহাক মোইরাংদা চহী ৪১ পাম্মী। মহাকথক্তা মোইরাংগী থম্বা-থোইবীগী শৈশক থোকখি।

নেংপা নঙবু করিগী খোমদোন তুমকনবনো হাহৌরো। কেগে নপালাই মোইরাং নপুলাই য়িপুং লমপুং থিরেন চাউরেনকা লৈকাচেংগা নোংকাচেংগা বানমুবীকা বানঙৌবাকা নুংকাপাককা নুংচোংবগা মকুরোনগা খোইয়ম লাইরুপ ৯ মাবু চীংঙু লাইথোঙ সাননা খোইয়ম য়িরাং থৌ কাস্তিরবগী মুমিং খোবথৈ লুমলাংত্তা কুরেক হাইখোং তাইদা উতোন উকং তাইদা সৌত্রো হংকেন লাংতা কোংগৌ লমগাকত্তা লাপল লমতাইদা থাংঙা কমতমদা কারাং থেনকাদা হুয়গৌ য়ুতংদরবগী হাংকুরা নামোইতোমবী মকুমসা মৈদুল য়াদা চীকনা তৌমু কুমসাবী মকুমসাবু কুমসাকদরবগী কোংগৌ হয়াকাং কুমবী য়াইচেং নীকপাবগী নদাই-রেম য়িখোয়বু মোমঃ খুজিল লাই পুমথুং খুংতোল সিংলাই নারে।

লাইজিংখুচীংখু তেলহৈবা, চকপা পামেঙবা অমেবা কোবা থাং শাববু লানঙবা অকাবদা খুজং ৫ চাইখাইঙবা কুমকপদা খুজং ৬ পু মায়থিবা পীব ঙবা ইবুংঙো নহাকপু করিগী তুমিন্না লৈথোকপনো। কেগে মোইরাং লৈবাক অসিগী হপা ইপু পোকপা লাই, লমগী মপু ওইবা লাই থিরেম চাউরেন ওইবা লাইগা, লৈকাচেংগা (লয়বু লুবা মপুগা) নোংগাচেংগা বানমুবীগা বাঙৌবগা নুকাপাক নুংচোংবগা মকুরোন কোবা লাইগা খোইয়ম লাইরুপ মাপল অসিবু লাইথোঙ থু না চীংঙু থৌনি-থাঙং থৌরমু কাউংপকপদগী কোরোহনবা মাবু পুক্রমদা কুরেক হাইখোং তাংদনদগী অমদি উমং বামংগী উতোন উকাংবমু তাইনবদগী অঙগা শৌগ্রি হজেল মরু-মরাং তাইদা মোইরাং লমমু কুরাক লমদাইদা শাবল লমতাই-দবা অঙগা থাংঙা লৈকাই মীয়াম পুন্না কপ্পিয়দবা, চীংয়াগী থেন্দা মীয়াম

লরাই চুপমারেং লমসঙকাই অকাও খোংতোংসইদা ঙৈরী সন লম লয়না কুনকদা লোৈহোন খুংতাক পায়না কোয়ৌ খোয়না য়েংনা নমু খংচিং চীংয়াইখিন চাইবেন সুকভুনোং সনখোঙ বাকুনোং মুংখোং মুংলাউনো বু নোংকোৌবিও হায়না য়াহৌখোনগী কেগে মনিংথো উরা লাইচিংথু চীংথু তেনখৈবনা ইমাইবেম মোই-রাং লৈকাই ৭ খাকী অঙমবা পানলেন লৈবাক .কাইবা পুমনামাক্সুং কাবক-ও। কেগে অসে লংন.তিন অমাই নাকলৌ সিনবী নখোয়সুং থুনা কংলা নোংলৈয়াঙদা কাবক ও হায়না কংলা য়াইপুং খীন ভয়েং সেনকাং ময় লাংকোই সামু ভোংনা পাউ কৌখৎলবগী কেগে খাথা লাইথা লেংনা তিন অমাই নাকলৌ সীন খাবী মসীং সুনা কংলা তোংলৈয়াঙদা য়াকারকপাবগী কেগে থুনিংথো উরা

---

কাদবা, হয়রাং চান মু-তং মু-থক তোদবদগী হাওকুরা নামোইতোম্বী কোবানা মৈবুস য়াদা চীক্লা তোমু তোহৌ পায়না কুমু ঈরাং থৌনি তোবঙবু ঈরাঙবদগী কুমগাংখিবনা ননাই ঐখোয় পুরমকী খুজিল খুয়া পুথা খুজিল লাইপুম তৌবনা খুতোল খুদিং মোয়োকী অপাবঙম শিংলাই নারে। অহুনা ইকোকথকী লবাই লেমফুখক্তা মুমিৎ চুমগী কোয়ৌ বৈথা ঈয়বদা শারগা পোথাকম ওইবা লোৈশঙদা চাহাকী মতম ফাওবা পে.থাবা লৈতনা লৌহোন খুত্তা পায়হুনা কোয়ৌ নোংমদোম্বকী লাইবা ঈশিংবু তাবিয়ক্তখরা হায়না য়েংহুনত লৈজরে। মরম অহুনা নবুথো থাংজী:গী চীংখাউগী ঈশিং লাক্সবা চাইরেল লোমদা পুবা নোং শখোং মায়কৈ-য়োমদগী হোৗরকপা নোং মুংখোং মুংলাউবী ফারগা ঈকোৗবগী খোৗরম তোবিহুনা নোং কৌবিয়ু হায়না হকংচরবদা কেগে মোইরাংনিংথৌ উরা

লাইচিংখু চৌংখু তেলহৈবম্বুং কংলা ফমগায়রকলে। মদাইরেম খুময়োন মে রী কৌবিয়াচা লাংচেং লাংমৈবা মহৈপোং চাত যাববু থোইরম লাইয়িম চঙবা লেংবা চয়মাবা চয়মা অসৈবা নুয়াম সাফবা হাউচেং খোনলোইবা মরোম মোইখোংঙাই খোংঙাই অতোনবা হাওবা পোংমানাউস্পা তয়ম অনৌমানা হাওসি ঙমগা চিংনা কেগে নিংথৌমাঙদা ফমফমলবগী ইদাইরেম অঙমবা পান-লেন লৈবাক কোইবা নঙথোয়স্বুং কেগে পূমনা ছপ মোইরাং পাকনা ভাইনা খোইরম লাইখোঙ সীন চৌংঙু লাইপাঙ সানা লাইজা য়িনিও হায়না রাহমখোনগী মযু থংচিংমি খোথু নোংহৌমি সনখোঙ রাকুনোং নুংখোং নুংলাইনোং চাইরেন সুকতু নোং সেনলোই লংমাইনোং সিংকাপ হাইকাপনোং হিরৈ য়াইরৈনোংবু

লাইজিংখু চৌংখু তেলহৈবা নিংথৌনা মোইরাং লৈকাই ৭ মক্কী মচা মনাই ওইবশিং অঙবা ফয়াই নুচিংবা লৈবাক পুবা পুয়মকপু কারকও! কেগে লমগী অশৈবশিং অমাইবানচিংবী নখোয় পুখস্থ মোইরাং ঐগী স্না কে নুংদা কারকও হায়দুনা কংলাগী পুংজাও থীনা কৌথৎলবদা শেনবুং অচৌবা যৈতুনা লাঙ্গোই শামু তোংনা পাউজেন্দুনা লৈবাক মীয়াম কৌখৎলবদা কেগে মোইরাং লৈবাকী থাবম লাইফম পানাগী মীয়ামগা লোয়ননা অমাই অশৈবশিং অমদি থাবী মাইবী মশীং শুন মোইরাং কংলা ফম্বাল তোংফমদা কারক্লবদা কেগে নিংথৌ উরা লাইজিংখু চৌংখু তেলহৈবা নিংথৌসু কংলা শঙলেন্দা লেঙলক্লে। মনাই মশল খুয়োলগী মোরি কৌবিয়াচা লাংচেং লাংমৈ থেংলবা চৌংঙু লাইঙাই হৈরবা খোইরম লাইতাইনবা ঙবা চয়মাবা চয়মা অশৈবা নুয়াম শাফবা হাউচেং খোললোইবগী মরূপ লোয়নবা

খোইয়ম লাইরুপ সীননা লাইজা য়িনিরবদা ময়ু থংবা নোং নিংথৌনা লনকুখিরবগী থংচিং কিমু লম্নরুমসি মুরা হীপোক পৌতোংয়াননা ফুরেন কুমফু চেপনা হয়না লাইচা য়িশাবিরবগী পুরেন মপানতাউ লাংচেং মপাল ফুকমা রাহী মকোকথুম খোইয়া মহুমচাই লিনলি কোননাতাউ য়াম্বী মনমসী ককচেং তৌতেন লোম খারা নেমনা পাই সঙাই কোংনা য়েং খারা তেকতাক লৌ তিঙডি মাউচেন নানা তাউথোকলে হায়বগী কেগে লবইলৌ তাউথোং লৌরেনবা খারং নেমপাইলৌ মকু হুইসোল লৌ সঙাই কোংয়েংলৌ খারা তেকতাক লৌ তিঙডি নাউচেন-লৌ মুংপাল চাহুই লৈরোংপামবনা পামেন চাহুই লৈরোং হোঙমেমপূং পামেল চাহুই লৈরাং-পোকও তৌনা কৌএ॥

---

য়োইংখাংচাই থোংঙাই অংতোনবা, হাউবা পোংমনাউগী মশুগা মনাই অচানবা অনীসিনা লবখিংলহুনা কেগে মোইরাংনিংথৌগী মা খাওদা চওলরুগা ফমরবদা নিংথৌনা হে অচানবা ইনাইশা। অওবা লুচিং পুরেন ওইহুনা লৈবাক কোইবা নঙথোয়মু য়াওনা মোইরাং মীয়াম হুপ্না কেগে মীয়াম হোদুনা চৌংও মথোয় খুদিংগী লাইফম শুনা খোইয়ম লাইপাউ শাহুনা লাইজা ঈপাং ঈনিবিরু হায়না নিংথৌ য়াথং হায়দোকপদগী মবুধৌ থাংজং কোয়রেল চীংলোমদগী হোরকপা ঈপাং খোথু নোংহৌরি শম্বোও রাকুনো নুংশংনুপাউবী ফানা-ফোং চাইরেন লমগী শুকু নোং শেলোই লংমাইচীং ফরুক খুবা নোং শীংকাপ হাইকাপনোং হীওইবা য়াইওইবনোং অহুবু চৌংও পুরমকী লাইথোও খুদিংগী তাহন-চুহনবিরো হায়না থৌনিজরবদা খোইয়ম লাইনিংথৌ নোংগী মপু ওইবা লাইনা

তাউথোং মদাইমাদি কেগে মোইরাংনিংথৌ মমোমলোন লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীগা নিংথৌ য়োইরেন তোমপোকপাগা সানথুপফমনে ॥ খুয়োন কংলৈ মদাইমাদি চিবা নাউসংপূংও কৌবদি কদোনোংগীনো। লহানবোং হুয়িডৈবা লৱাই য়ুপূংকোয় য়ুনারেক চিবা মৈসাংবনা চাপু নাউপু তমনা খোয়মা লাংখোও পায়না চাপোক নাউসং তমলময়ে হায়বগীবু চিপা নাউসংপূংও তৌনা কৌএ ॥ খুয়োন মদাইমাদি কাওরেন সনসেনপূংদা লাংবল কৌচেং চোংপিচাবু হুইক্র সানা সাকৎপূংনে। কেগে খুয়োন লমমাথকতি লমথক পূংমাথোল খুয়োল চেপলৈ বাবু নাতৈনামা খুয়োন পেংপাসোয়-ও কৌবদি কদোনোংগীনো খোইয়ম কুরু সিভাবনা সমু মহকসাংনা হাওতৈ লোনলু সানা

থোঞানবিবদগী থংজিং চীংজাও অসিবু ফিমুগুম পুম্মম-মম মুপী অঙাং মপাল থোকওবদবমথৈ চকু থরূও অচোবদগী ঈশিং থংহৈ হৈথবগুমনা মখোও কুম্না কুংমা নোং তাহনবিরকখিবনা উজাউ মপাল তাউনা লাং মরু কুরু বাহৌ মকোক থুম ককচেং খোইয়া মহমসু ইচাই চাই তাওদ লিম্না কোম্না কোম্না তাউবনা মালেম লমমায় শীমকখিবনা ককচেং-শিংনা লৈফম লৈতহনা তৌ পাবৗগী মতোল লোম্না কা খাম্না কৌবী উচেকশিংনা নেমম্না নেমনা পাই শঙাইশিংনা ফিঙক ফিঙক য়েং খা-ম্নাশিংনা কোয়পাই পাই ফিঙজি কৌবী উচেক্না আপকপা মচাশিংগা লোয়মনা চেনবদা তাউথোকপমথৈ ঈশিং চাউরে হায়বদগী কেগে লৱাইলো তাউথোং লৌরেনবা থারং নেমপাইলো মকু হুইশোংলো শঙাই কোংয়েংলো থাম্না তেম্মাক লো ফিঙাও নাউচেনলো মুংবাল

কেগে লয়কোয়পুং খোইয়ম মাংলৌতাক সাংভোন লৈনৌ-
তা-ও কৌবদি কদোনোংগীনো। অরাং কোরৌ নোংমাদোনদগী
চীংগু নোংথৌ সরারেল অরাং পাখং ম্নোইরেনবনা মপারী
নিংথৌ খোরীকাববু চেংলৌ সকউনগে লাকয়ে। পনথৌ চেংলৌ
সকখঙহন্দনা কোয়না কোয়না লোৎলে। লয়কোয়পুংও কৌএ॥
খোইয়ম লাইসক ওননা মাঙলে। মাঙলৌতাক-ও কৌএ।
খোইয়ম লাইয়িংথৌবু লাইচা ম্নিনৌ কাকুম সংনা লৈঙময়ে।
সাংভোন লৈনৌতা সাংবা লয়কোয়পুঙও ভৌনা কৌএ॥ কেগে
কংলৈ মদাইমাদি ম্নোয়বু খোইয়ম লাইরেম্মা অয়াঙ লমহৌরম
অয়াঙখোংচঙ চারালোই চাদা য়েনহেলম তিংখং মৈফুলম
অয়াঙ লমহৌকম য়োয়বু খোইথোন লাইরেমমা অয়াঙখোংচমলাই

---

শেমলিইঙদা। খোইয়ম মন্তিক লৈবা লাইরেল অমনা। খোক্লাং মচয়শু
অহুগী তানিঙদা কাখৎলকখিবদগী তাখোক মখুৎশু খোকয়ি তারিবা খেয়ে
চা চন্দবনা লাইরেল অহুগী মশাঙদা লেংখৎপদগী লাইরেল অহুনা তা
অহুবু চেন্দুনা চেনখিবদগী মালেম লয়খুন অহোবগী মতুং ইন্না চঙখে।
লাইরেল অহুগী মমৈ মৈতোন্দি মৈনা কাথেক্লা চাক্লে হায়বগী মৈকাবী
থৈয়াংচম ঙুংখোবা ঙুংথৌ লাইহুললম খোংবাল লাইফাওলম হায়না
কৌনখি॥ কেগে মোইরাং লমগী লাইখুয়ি মোইরাং লাইহময়ি থংজিং
চীংঙাংদগী চেয়রকপা য়ি চীংয়া কোয়না চেনবা য়ি হুরেল লানকম
অমদনা খুমনগী তিক্কবী তিক্কব খুমন শনমৈবী শনমৈবা হাইচুনী হাই-
চুবা মীওইশিংনা তিমেন তাখোক ওইনবা থাংলা লারোংগী মনা অকংববু
ফশিংদা তীংলগা তরা চয়োম য়োরবা অহুগা রাইখু মখোঙ লোঙবগুব

মাইথীহনগী ঙানখা লমমিং চুমবী অয়াঙ ফিকৌ লম কংলৈ লমথালয়নে। অয়াঙ খোংচঙ চাকনৈরখনে॥ কেগে কংলৈ সুমতোংপাল লংমাই লমপুবা অয়াঙ কানচা মনাঙ কোঙয়াং লীকসিস্থ মাখুৎ মোইখুৎ তানাবা মমায় মোইমায় য়িববু লয়মু সেংজাকনা লয়হৌ সেংওইসঙ হুয়েল লাননিংগীদি ময়াং ঙাইখমবা ঙাইখমবী মথংলেন খোমজাবা (খোমজ্রেংবা) ফানাসঙনে। থোংনাং খাকায়াচা লানথোয়াঙবা নামফৌ নিংথৌ হোঙজা-লোংবগা সেনবাং নিংথৌ থাপথিনবগা হুয়েল লানবুম ৭ মাবু কানাসঙলে। কেগে কংলা তোংলৈয়াঙ কংলা কোমচল লৈবা মালেম লয়মা অঙাংবনা সনা কোমচল হুমনাবাই কোয়ৌ নোংলুপান অঙৌবনা কোয়ৌ নোংহামনা মালেম লয়তাইনানা

---

থংজিং চীংজাউদগী লোক্রুম ময়াম ওইনা চেপ্পবা থরোই মহীঙম নম্বুনা ঊংলবা অশংবা ঊশিং কোরেক ময়াম্না অতৎ-অকাং নাইদনা কনবদ' কংফব্রবা শোক্তোকথ্ৰবম্ভূ কংব্রবা ঊশিং শোক্রকম অহুগা ঙমথংনবদা লৈবা লমবু কুঙ্গা লৌরেতাক নুরা হয়তাউকোন হয়রাং শেথকোন তাউজিং খাইথকোন শীংনাং পোপ্তেক অচৌবদি ননশিনবা লম ওইরবু চয়ে তারগা পুন্দুনা থোংশারগা খোংবালদা হৌবা লাইরা পাখীগী কনয়া লাক্রা পুন্নগা সনা লাইহি ওইবা অপিকপা হি মচাশিংনভা জানাবা লমনি॥ অসুয়া লৈরিবা কেগে লমগী কেন্দ্রা য়িতাখোং কৌবগা ঙমথংনবদা লৈবা কেগে লয়কোয়পুং থোইমম মাংলৌতাক গাংদোন লৈনৌভা হায়না কৌনবা লমবু কয়িদগী কোনখিবনো। কোয়ৌ নোংমবোম অবাংবদা লৈরিবা চীংঙু খোংথৌ সয়ারেল অবাং

হিচন য়াইচনকমবু ওইবা। মোইরাং লয়কোয়পুংগী কংলৈ ভেংথা-
লৈবু নদাইরেম ইরাকমানা ইমায় নোংনেম লাইনা পাংবলমদা
ওয়া হুয়া লাউনা কোনচিললমকে ।। হুয়া হে হে হয়িচা হুয়া-ও ।।
ওয়ম য়িরাকমানা মোয়া অসৈবগা লুবোংজামবাগা অনিমাবু
তাওজা কোক্তা হাপনা অসৈ লেংমা সৈথাকবা হিজমচা লুপোসিংনা
ইপা উচা ক্রু মথেঙথাবু থুরুমনা ইজবনে ।।০।।

---

থাথং মোইরেনবা কোবনা মচাইবুংঙো নিংথৌ খোরীফাবমু চেংলৌ
মশক উনরুগে হায়না লাকখি। মপাবুংবু মচানা মশক থওহন-
উহল্দনা কোয়না কোয়না লোৎলে হায়বগী মফমদুবু লয়কোয়পুং হায়দা
কোনখি।। খোইয়ম লাইগী মশক ওয়া মাওলে হায়বগী মাওলৌতাক
হায়না কোনখি। খোইয়র লাইনিংথৌনা লাইজা ঈশিংগী ঈনৌকাবওব
থংনা লৈরম্মী হায়বগী সংতোন লৈনৌতা শাংবা লয়কোয়-পুং হায়না
কোনখী।। কেগে মোইরাংগী লমদম অসীদী য়োয়বু খোইয়ম লাইরেম্মা
ইবেম্মা অয়াং লৈমগী হৌরকফম অয়াংখোংজম মচাশিংনা খোইমোম
মাখোয়গীদমক য়েনহেল থমত্রনা থৌগল্লবা লম তীংখং খোঙযু লৈহল্দা
থাদী মৈকু হৌবগা ( লীংবগা ) লোয়ননা অয়াং লৈমা মাগী হৌরকফম
ওইবা মরমনা ইমা অয়াংলৈমগীদমক অয়াংখোংজম লাইগী মাইবীহনবী
ওানথা লম্মীৎচুয়ী অয়াং ফীফোলম কংলৈ লমথা লম ওইবা লমনী।
অয়াংখোংজম শাগৈনা চাকনৈবা লমনী। কেগে মোইরাংগী লমদমবু
কংলৈ শুমতোংপাল লংমাই লমবুবা অয়াং ফানচা মনাউ কোওয়াং
লীকসীগু কোবগী মথুংতা মোইবুং থুজা শায়বা মমায়দা ময়ী ইমনা
লয়মুয়োল অমদী লয়হৌরোলগী মতোওম মথা মউ শেংদোকপওওইনবা

অহুগা লানফম অমগীদনা ময়াং ভাইখদা ভাইখরীগা মথংলেন থোমখা-খাগা ফারগা থমনখিবা শঙফম লৈবা লমনী। থোংনাং ময়াং থাকাররাগী নচা লাম্পা থৌবগা নামফোগী নিংথৌ হোঙভা লোংবগা লনরাংনিংথৌ থাবা থীনবগানচিংবা লানফা নীপা ৭ মকপু ফারগা থমলবা শঙফমনী। কেগে মোইরাং লৈবাক অসীগী ফম্বাল তোংনফমদী মচু শেংনা ফজনা ভাঙলবা সনানা মালেম লৈমবু কোনচননা হনবালম অঙোবা লুপানা অবাংবা কোরৌথকপু তাইহুনা হীচন-মাইচনফমবু ওইনবা মোইরাং লয়কোয়পুং অসীগী মনুংদা লৈবা লমগী লম্মীংলোনবু তেংথাথৈ ওইনা তোমবা ননাই ওইবা কররীস্থ খঙজদ্রিবা ঐনা অরাংবদা লৈবা চাংঙ্ মাবু ইমায় থাজংনা য়েংজররগা হয়া কোবী ইমাবু শোমা লাউনা কোন-থীঙ্গহুনা ইজবনে। হে ইমা ইবেম্মা, ইমা ইবেম্মগী মচাশিং, হে তাইবং পোকপী ইমা নঙবুস্থং খুরুমজৈ। তোমবা ননাই করিস্থ খঙজদ্রিবা ঐনা মোরী অথৈবগা লুবোংজাবগা অবীমকপু ননাইগী ইকোকশঙ্কা হাপেচহুনা (ঈকোক নোঙ্গরগা) থৈশক শৈথাজরিবা হীজম মচা ঙুধোৎসিং ঐনা অমুক উজা গুরু মখোঙথাবু খুরুমজররগা ইজবনে ॥০॥

---

